# থোংজাওগী খুন্থোক্লোন



তোলচৌ শমজেংশাবম

ꯊꯣꯡꯖꯥꯎꯒꯤ ꯈꯨꯟꯊꯣꯛꯂꯣꯟ

# থোংজাওগী খুন্থোক্লোন

তোলচৌ শমজেৎশাবম



ইবমদম বোর্জে অপুনবা লুপ, হিয়াংলম - ৱাবগাই, মণিপুর।

# ꯊꯣꯡꯖꯥꯑꯣꯒꯤ ꯈꯨꯟꯊꯣꯛꯂꯣꯟ
# থোংজাওগী খুন্থোক্লোন

---


অইবা - তোলচৌ শমজেৎশাবম

অফোঙবা - ইবমদম খোর্জৈ অপুনবা লূপ, হিয়াংলম - ৱাবগাই, মণিপুর।

অহানবা ফোঙবা - আগষ্ট, ২০০৮ ইং।

মমল - ৭৫ (হুমফুতবা মঙা)

ফংফম থোকপা - অইবা

ফোটো কলেক্সন - এল তেম্বা সিংহ

নম্ফম - এস এল কম্প্যুটর প্রেস, ৱাইখোং অমসুং
টাইমস ওফসেট প্রিন্টার্স, ককচিং।

## কচ্চবা

নীংশিংলকই ইপা ইপুশিং,
হাইগৎলুবদা লমায় ইতিহাসগী,
লম্ফাং, লমজাও, শান্নবুং,
চীং, পাৎ, শঞ্জাবুং,
থম্বীবম্মী মবাং কাযনা,
লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংদুনা,
নুংঙাইজনবা তুংগী মীবোন্না।
থেংনখি যেক্ল মাইবোং যানা,
ঙমখৈ ঙাকপদা খুনগীদমক।
লৈবকখি মিংচৎসু ব্রাংনা,
শান্ন-খোৎনবৈ লমদা,
থৌনা লিংজেন ফবদা,
পীল্লা খুঙ্গং ওইদুনসু।
থৌনা লিংজেন মান্ননা,
পুকচেল খোযজেন তিন্ননা,
নুংঙাই যাইফ পাল্লকখি,
থোংজাও ইপা ইপুশিং।
নীংশিংলসী পাবম পুবমচৎ,
ঙসিগী মীবোল ঐখোযনা।
পীনবিযু তান-ফংজবা ঐখোযদা,
থৌনা, লিংজেন, পুক্লিং লৌশিং।
কচ্চবি পাঙদ নচা ঐহাক্লা,
থোংজাওগী খুম্থোক্লোন লাইবিকসী,
ইপা ইপুশিং নখোযগী নফমদা।

## ৱাহৈ খৰসিদং



তোলচৌ শমজেৎশাবমনা ইবা হান্না ফোঙখ্ৰবা লাইবিকশিং ফোঙদ্ৰিবঁদা নৈনবা য়াওবগী তাঞ্জা অমা ঐৎঙোন্দা হেক হেক পী। হন্দক ফোঙলিবা 'থোংজাওগী খুন্থোক্লোন' কৌবা লাইবিক অসিদসু হান্নগুম্না তাঞ্জা ফংজৈ। ওজা অসিনা থোংজাওগী মাঙখিবা যানা লৈবন্নবা ইতিহাসপু মাঙখিদনবা থিগৎপিবগা ইথোক্কুনা পুথোবকপগী থাগৎনিঙাই ওই। থোংজাও হাযবগী কবন্বা খুঙ্গংনা মযেক শেংনা খঙবা ঙম্লে। হৌজিক্কী মালেমগী ওইনা মাগী মাগী জাতিগী পুন্সি মহিং নাৎ, কলচবনচিংবা খুদিংমক শক তাক্লবক্লবা মতম্নী তাঞ্জা অসিদা থোংজাওগী ইতিহাস পুথোবকপা মতাং চায হাযনা লৌজৈ।

থৌনাওজম থোম্বা মৈতৈ
সুপৰভাইজৰ এডল্ট এডুকেসন ডিপার্টমেন্ট
গোভর্নমেন্ট ওফ মনিপুৰ।



# অফোঙবগী মাযকৈদগী

সাহিত্যগী লমদা নৌনা যেন্নীং হুল্লক্লিবা মণিপুবগী খা মাযকৈদা ইচম চম্বা স্কুলগী ওজা অমা ওইনা থবক্তগী পোথাববা তুংদা মশানা পামজবা ইবগী থবক্তী পোথানীংদ্রিবা তোলচৌ শমজেৎশাবম্নী। মাযকৈ অসোমগী খুৎমাবা অইবশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা অইবা অসিগী হান্না লাইবিক অহুম পুথোকখ্রে। মাগী শৈবেংশিংদা পুন্সিনা চৎকদবা লম্বীগী মশক থিবা অমসুং পাউবৌ-পাউতাক কযানা হৌবক্লিবা নহাবোলশিংদা মিৎ-নাকোং ওইগদবা খুৎউ কযামকম থেংনখি। হন্দক্কী অইবগী মবিশুবা ৱাবেংগী লাইবিক "থোংজাওগী খুম্হোক্লোন" অসিমক্তী বিছার্স ৱার্কলোমদা চঙশিল্লকপা খুৎই অমনী হাযনীংই। অহানবা ফোঙবা অসিদা চিত্থ-নাম্থবা লৈবমখিগনি হাযনা আশা তৌই। তাকপীবকপা খুদিংমক মথংগী খুৎফোঙদা হাপ্লনবা হোৎনজগে।

খুম্হোক্লোন অমা ইবগী চৎনবোলশিংদগী খবা নাথৈববসু লমদম অসিগী পুন্সি অমসুং ইতিহাসকী মশক খবদং মমি-শামি ওইনদবু ওইববসু হৌজিক্কী মীবোলদা খঙহন্নবা হোৎবকপা অসিমক্তী শীংথানিঙাই ওই। অদুঙৈগী ইচম-চম্বা পুন্সি মবেল অমদি অৱা-নুংঙাইগী ইথোৎ থোৎলবা মওং-মতৌ খবদংদা ওইববসু অপাবশিংনা থেংনবিববদি "লুপ" অসিগী অহুম্লক শুবা ওইনা ফোঙলিবা অমসুং ফোঙজনবা দাযত্ব লৌজকবগী মহৈ যাল্লে খঞ্জগনি।

হৌজিক্তী লাইবিক মচা অসি অদোমগী খুত্তা শিন্নজবে।

চা-খোম্মৈ

*সেক্রেটবী জেনবেল*

*ইবমদম খোর্জৈ অপূনবা লূপ*

*হিযাংলম- ৱাবগাই, মণিপুব।*

তাং ১৮/৭/২০০৮

## ৱাহৈ খবদং



ইকায-খুম্নজববা ওজা শ্রীশমজেৎশাবম তোলচৌ সিংহনা ইবিবা "থোংজাওগী খুম্ভোক্লোন" হাযবা লাইবিক অসিগী মেন্যু স্ক্রিপ (খুৎই) ওইবিঙৈদা পাজবে। লাইবিক অসি ওইনবা হোৎনবদা হান্নগী অইবা বেকোর্ডিনচিংবা অমত্তা লৈবমদবনা অৱাবা কযা মাযোক্লদুনা হোৎনবিখিবা অদুগা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা অহলশিং অসিদগীসু কযা মপুঙ ফাবা ৱাবী ফংদবনা, অইবদা অসুক্কী মতিক অৱাবা মাযোক্লবমগনি হাযনা খঙ্জে।

লাইবিক অসি পাবদা ফুঙ্গা-ৱাবী পাবদা ফংবা নুঙাইবগী মহাউ অদুগুম্না ফাওই। ওজা অসিগী হান্না ফোঙবিখ্রবা লাইবিক ওজা শঙ্গায, (ৱাবিমচা), ৱাবী শিংজু (ৱাবী মচা), শিংজু-মথেল(শৈবেং) অসিনচিংবা লাইবিকশিং অসিগা হন্দক্কী লাইবিক অসিগা খবা খেন্নফম থোকপা মশানা তাবনি। শম্না হাযজববদা অইবগী হৈ-শিংবা খবদি অদুম উজৈ। ঐহাক ইশামকসি অইবগী লমদা খোংদাজবা নত্তবনা লাইবিক অমগী মগুন ফজবা অমদি ফজদবা থোইনা খঙদবনা থোইদোকপা ইশাগী মোত ফোংদোকচবা ঙমজদ্রবসু খুঙ্গং অমগী হৌবকপা থাইনগী অমদি হৌজিক্কী ওইবিবা ফিবমগী মবমদা অইবা অমা থম্নীবম্না হাযবা অসি তুংলমচৎকী মীবোলগীদমক মমল নাইদ্রবা অপদান অমনি হাযনা লৌজবগা লোযননা মতুংদসু হেন্না ফজবা, মপুঙ ফাবা লাইবিক কযা ইদুনা পুথোকপা ঙম্নীবা ওইহনবিবক্লবা ওজাগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা খুকমজবি।

শ্রী শমজেৎশাবম কুমাব,
থোংজাও।

# অইবগী ৱাবোল



থোংজাও মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা শিনফমগা লোয়নদুনা লাক্লবা খুঙ্গং অমনি। মৈতৈ লৈবাক্তা খুন্দাবিবা অবিবা চকপা কাংলুপকী মীওইশিংনি। অহানবা মৈতৈ লৈবাক্কী চফু অমসুং কাব্রংগী পোথোক পুথোকপদা যাওবিবা অমনি। শিনফম অনিগী পোথোক্লা মৈতৈ লৈবাক্কী মীযামদা কযা যাম্না কান্নবা পীদুনা লাকখিবগে হায়বদু খঙনবা থোংজাওগী ওইবা ইতিহাস অমা নৈনবা দবকাব ওই। অবিবা মতমগী ইপা ইপুশিংনা তুংগী মীবোন্না খঙনীংগদবা পুৱাবি কয়ামকম মপুং ফানা ইদুনা থম্বিবমদ্রে। অদুবু লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিং অদুনা তৌখিবা থবকশিং লোয়ননা মখোয়গী মতিক মথৌনাশিং ঙসি ফাওবদা কাউনাইদনা চীন্থাঙ ৱাহৈনা ৱাবীনবি। অসিগুম্লবা ৱাবিশিং অসি অকাউবগী লৈবোন্না কুপশিনখিদুনা মাঙখিবা তাবে খঞ্জদুনা পাঙদ্রবা ঐনা খোমজিন্নগা লাইবিক ওইনা পুথোকচবনি। মীবোন কযা হৌখ্রবা থৌদোক ৱাথোকপু হঙ্গৎনা যেংলগা ইনবা হোৎনবদা ঐনা খঙবা ঙমদবা কযামকম লৈবমখিগনি নীংজৈ। ইতিহাসতি লান্না ইবা যাদবা লানহৈদবা ওইবনা যাবি-মখৈ কুপ্না তানবগা ইজবা ঙাক্তনি। অদুবু মসিমক্লা মপুং ফাবে হায়বা ঙম্বগী ইতীক্তী লৈজদে। তুংগী মীবোল কনাগুম্বনা পাবী পুবী ৱাকোক্লোন থিবকপদা মতেং খবদং ওইগদ্রা খন্দুনা হোৎনজবনি। ইজবিবা অসিদা মফম চানা শোক তাবিখ হাপনীংদুনা থিগৎচবদা ফংবা ঙমদবনা হাপচদ্রে। মসিগীদমক অপাবশিংনা ঙাকপিগনি নীংজৈ।

লাইবিক অসি ইনবা হোৎনবদা চীন্থাঙ ৱাবি লীবিবকখিবা অহন ওইববা গুরুশিং, অদুগা সজেসন পীবিবকখিবা ইচীন-ইনাওশিং, ৱাবী পবিংদা মথং-মনাও শেমদোক শেমজিন তৌবিখিবা অমসুং লাইবিক ফোঙবগী থৌদাং লৌবিবিবা ঈখলগী জেনবেল সেক্রেটবি চা-খোম্মৈ, ৱাইখোংদা লৈবা এস এল কম্প্যুটব প্রেসকী থৌদাং লৌবিবা ইবুংঙো সুশিল লোয়ননা ফোটোগী থৌদাং লৌবিখিবা লৈমপোকপম তেম্বা অসিনচিংবা পুন্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙব' উৎচবি।

— অইবা

## ৱাহৈ খবসিদং



নুংশিজববা শ্রী শমজেৎশাবম ওজা তোলচৌ সিংহনা হন্দক পুথোকপিবিবা "থোংজাওগী খুম্হোক্লোন" হায়না মিংথোনবা লাইবিক অসি পাজকুবদা তশেংনা নুংঙাইজবা অমসুং খঙদবা খুদিং, উখিদবা থৌদোক খঙবা, উবগুম্না হেক ফাওহনবা লাইবিক্লি। অশেংবমক থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক্লা লৈচল ওইবিবা লাইবিক অসি পুথোকপিনবা হোৎনবদা ওজাগী মফমদা অৱাবা অমদি মতম কয়া চংবা মাইয়োক্লবিবমগনি খঞ্জে। অসিগুম্লবা অবিবা পুৱাবিগী ওইবা থেংনবিবা থৌদোক ৱাথোক কয়াবু থিজিনবীদুনা মীয়ামদা চাওববা মিংশেল অমা মথং মথং পুথোকপিবক্কনি হায়বগী চাওববা থাজবা থমজবি। তশেংনা হায়জববদা ওজাগী ৱাহৈ পবেং সহিত্যাগী বস (মহাও) চেল্লবা মযেক কয়া অসিনা তাকলিবদি সমাজ শেম্বদা অইবগী থৌদাংসু চাওনা লৈ হায়বগী পান্দম অমা উজবা ফংজে। মবম অসিনা ওজাবু হন্না হন্না থাগৎচদুনা অসিগুম্লবা লাইবিক কয়া পুথোকপিউ হায়না অমদি ওজাগী পুন্সি নুংশাংনা লৈবীনবা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবি।

থাংজম চাওবা সিংহ
প্লেবাইটব, এ আই· আব· ইম্ফাল
তাং ২১/০৪/০৮ ইং

# যাওফম তাকপা

# থোংজাওগী চাউবাকপা শক্তম

ইম্ফালদগী খা পাংনা কি মি ৪৫ লাপ্না হিযাংলম কেন্দ্রগী মনুংচন্না লৈবা খুঙ্গং অমনি। সেপ্তেম্বর ২০০৭ ইংদা যুমশীং ৩৬৭, ভোট্রব ১১৪২, অপুনবা মীশীংনা ১৭৮৫ বোম্নী। খুঙ্গং অসিগী লাইফ লাইন ব্রহ্মা শুগ্নু বোডনী। খুঙ্গং অসিগী নোংপোক্তা ফান্দু চীংগী চীংশাং পবেংনা লীকং শানা লৈ, চীং অমসুং খুনগা তাইনবদা লৌবুক মচা মচা খবা লৈ। নোংচুপ্তা লৌবুক অমদি কোম্নাও (থোংজাও খুনৌ) লোযননা পুম্লেন পাং লৈ। মখা থংবদা ৱাইখোং লৈ, অৱাংদা এলাংখানপোকপী লৈ। মকুওইবা শিনফমদি লৌউবা, চফুশাবা অমদি লৈমা তীল যোকপনি। লৈমা যোকপদি হান্নগুম যোক্লখিদ্রে শিথব্রে।

## থোংজাওনা খুন্দারকখিবা
## মৈদিংঙু গবীবনিৱাজ স্না হাক্তক (খৃ: ১৭০৯-১৭৪৮)

থোংজাওনা মফম অসিদা খুন্দাবকখিবা পুৱাবীগা ৱাইখোংনা থুম শুংলম্বগা মবি লৈনৈ। মৈদিংঙু পামহৈবা (গবীবনিৱাজ) পানখিবা মতম্নী মতমদু মৈতৈ লৈবাক্তা মপান লমগী থুম শীজিন্নবা ঙম্নমদে। লমদম অসিদা পুথোকপা থুমগী পোথোক্লা লৈবাক মীযাম চাবা কোন্ননবা হোৎনবম্মী। মৈতৈ লৈবাক্কী থুমহী থোকপা মফমশিংদা থুমখোং শেম্লগা থুম শুংলম্মী। থুম শুংলম্না মফমশিংদি ৱাইখোং, নিংঙেল, শীখোং, চন্দ্রখোং তোর্ববুং পনবা যাই। থুম শুংবদা থুমহী লোন্নবা পাত্র চঙদবা যাদে, ধাতুনা শাবা পাত্রদি শীজিন্নবা ফত্তে, লৈবাক্লা শাবা চফুনা হেন্না ফৈ। ৱাইখোংনা থুম শুংবদা থুমগী পোথোক মবাং কাযনা পুথোকপা ঙম্নবা মফম অদুদা চফুশাবা মীওইশিং লৈহনবা তাখি। মতমদু থোংজাওদি লম্মাংদোংগী (লুম্লাংদোং) থোংজাওবোক তুবেল মপান্দা চকপা চফু শাবা খুল অমা ওইনা লৈবম্মী। নিংথৌগী থৌশিল মখাদা চফুশাবশিংদু কৌবগা ৱাইখোংদা শাহনবা হৌখি মখোযবু থোংজাওদগী

লাকপনি হাযদুনা থোংজাও অদুম্মক কৌনখি। লাকখিবা মীওইশিংদু নুপী অঙাং যাওনা মীশীং ৭৫ বোমদমক ওইগনি। মখোযবু মযুম মকৈ শাদুনা লৈহনখিবা অহানবা মফমদি ৱাইখোং লৈমানাইগী কাইবম পুংদোংদনি। অহানবা লাকখিবা মীওইশিংদু শাগৈ কাংলুপ মবিনী। মদুদি -

১) শমজেৎশাবম, ২) লৈমপোকপম, ৩) খবাইবম, ৪) ৱাংজম অসীনি।

## থোংজাওদা লৈবা শাগৈশিং অমসুং মাগী মাগী হৌবকফম:

১) শমজেৎশাবম - খুন্দা অহানবা
২) লৈমপোকপম -খুন্দা অহানবা
৩) খবাইবম - খুন্দা অহানবা
৪) ৱাংজম - খুন্দা অহানবা
৫) থাংজম - থিজিনবা ৱাংলি
৬) অসেম - মযাং ইম্ফাল অমসুং ককৱা
৭) এলাংবম - এলাংবম লৈকাই
৮) অথোকপম - ইবম সিফাই
৯) নিংথৌজম - লৈত্রাম
১০) লাইশ্রম-খাঙবোক অমসুং তেন্থা
১১) লৈচোনবম - লৈত্রাম
১২) থোকচোম - খাঙবোক
১৩) কবাম - উচিৱা
১৪) লৌবেম্বম - লৌবেম্বম অমসুং হৈবাঙ্গোযথোং
১৫) খুন্দ্রাকপম - খাঙবোক
১৬) নাওবেম - নাওবেম
১৭) চিবোম - ৱাইখোং
১৮) খুমুকচম - ককচীং খুনৌ
১৯) হিজম - ৱাইখোং
২০) মোইবাংথেম - ৱাইখোং অমসুং খাঙবোক
২১) ইকুংবম - খুবখুল
২২) ফুবিৎশাবম - খুবখুল
২৩) অবুজম - ৱাইখোং
২৪) ক্ষেত্রিমযুম - মযাং ইম্ফাল
২৫) অধিকাবিমযুম - থোংঙাম
২৬) সলাম - থাঙ্গ
২৭) মুতুম - লমনাই
২৮) হাইস্নাম - থাঙ্গ
২৯) থৌনাওজম - ৱাংজিং ১সুং থৌনাওজম
৩০) হৈক্রুজম - লাইমনাই

৩১) হিদংময়ুম - পল্লেন্দগী ৩২) সনসম - ৱাইখোং
৩৩) হুইদ্রোম - ৱাইখোং ৩৪) সবাংখেম - ককচিং খুনৌ

অবিবা মতমদগী হৌনা চকপা কাংলুপকী খুঙ্গংশিংদি খুলাকপা খুনগী লুচিংবা হাযবিবা ফম অসি লৈবকই। খুল্লাকপনা খুলগী লৈঙাক সাসন তৌদুনা লাকখি। লৈঙাক সাসন্দা হেন্না খুদোং চানবা মাগী মখাদা ফম কযাসু হাপ্লমই। খুল্লাকপগী মথংদা লুপ্লাকপা, নহাবাকপা, নীংঙোল্লাকপা, অসিনচিংবা

## খুন্দা অহানবদগী মথং মথং খুল্লাকপা ওইখিবশিং :

| | |
|---|---|
| ১) শ্রীশমজেৎশাবম অমু কাব্রং | খুল্লাকপা |
| ২) শমজেৎশাবম যাঙ্গং | খুল্লাকপা |
| ৩) থাংজম চাউবা | খুল্লাকপা |
| ৪) লৈমপোকপম তিলো | খুল্লাকপা |
| ৫) শমজেৎশাবম সনাহোংবা | খুল্লাকপা |
| ৬) লৈমপোকপম বাজমনি | খুল্লাকপা |
| ৭) শমজেৎশাবম ইবোপিশক | খুল্লাকপা |
| ৮) খুমুকচম অমুজাও | খুল্লাকপা |

## খুন্দা অহানবদগী শাগোম্নদুনা লাক্লবা শিনফম :

থোংজাও খুন্দা অহানবদগী হৌনা লৌউবা, চাফু শাবা অমদি লৈমতীল যোকপা শিনফম অহুমসী লোযনদুনা লাকখি। চফুগী পোখোক পুথোক্লবসু লৈবাক নিংথৌনা শকখঙবদি লৈমতীল যোকপগী শিনফম্না হেল্লি। মতমদু মৈতৈ লৈবাক্কী মমল যাম্না ফজবা অনানবা ফি কাব্রংগী লংনা শাবা ফিনা ওইবম্মী। নিংথৌকোনগী লৈম শীজশিংনা অকে অমৌগী মতমদা কাব্রং ফি যাম্না পাম্না শীজিন্নবম্মী। মৈতৈ লৈবাক্তা কাব্রংগী লং পুথোকপা চকপা কাংলুপকী মীওই নত্তনা অতৈ কনানসু পুথোক্লমদে চকপা কাংলুপসু লোইনমক পুথোক্লম্বা নত্তে থোংজাও, লৈত্রাম, খুবখুন হাযবিবা খুন অহুমসী থক্তনি। কব্রংগী পোখোক

হেন্না পুথোক্লবগী মিৎযেংদা চুডাচান্দ মহাবাজনা থোংজাওবু মশক খঙলম্মী। শমজেৎশাবম অমু খুলাকপবু কাব্রেং খুল্লাকপা হাযনা মিংথোন পীদুনা পুক্লিং থৌগৎলম্মী। মদুদসু নত্তনা চীংশাংলাকপগী ফমসু হাপ্লম্মী। খুলাকপা অসিগী মতমদা কাব্রং ইংখোল শেমদুনা মনা পাম্বী থাবম্মী। মতৌ অসুম্না কাব্রংগী পোখোক নীংথিনা পুথোক্লম্মী। চহী খুদিংগী কাব্রংগী লোইপোৎসু কাবম্মী।

## থুমখোং অমসুং থুম শুংবগী মওং মতৌ :

পৃথিবীগী লৈমাযদা থুমহীগী ঈশিং ফংবা মফমদা তৌথোক্লগা থুমহীগী ঈফুৎ থিবনি। ঈফুৎ ফংলবা মফমদা থুমখোং শেম্মী। লৈনুংদগী ফংবা ঈফুৎ অদু উকু চনখত্তুনা লৈমাযদগী হেন্না ৱাংখৎহল্লী নোংগী ঈশিং চঙবা ঙমদনবা। থুমগী ঈফুৎ থিবা অবাযবা থবক নত্তে। নিংথৌগী যাথং মতুং ইন্না মীযামগী পাঙ্গন্না চাউব চাউববা কোম তৌদুনা থুমগী ঈফুৎ থিবদা ফংদবা কোঙ্গাযনী। হৌজিক ফাওবদা থাযনগী কোম অচৌবা কযামকম ৱাইখোংদা লৈবি। থুমগী ঈফুৎ ফংখিবা মফমদি অনিখক্তনি মতৌ অসুম্না কংবা নাইদ্রবা থুমহীগী ঈফুৎ অদুদগী থুমহী শোক্লগা চফুদা মৈ থাদুনা মপং ওন্নবা লোল্লী। মপং ওল্লবা থুমদু মওঙ তানা থুমপাক শেম্মী। মতমদুদা চনবা পোৎলমশিংগী মনুংদা তাঙনা অমদি ৱানা ফংবা পোৎ থুম্না ওইবম্মী। মতমগী যাওন তুংইন্না হৌজিকী অমসুং তুংগী মীবোন্না থুম শুংলম্বগী ৱাফম পুৱাবীদা থেংনবা নত্তনা অতৈদা থেংনববোই। যেংবা যাবা অবিবা থুমখোং অমদি হৌজিক ফাওবা ৱাইখোংদা লৈবি।

## খুন্দা অহানবদগী লোযনবক্লবা শিনফম অনী :

(ক) থোংজাওনা খুন্দা অহানবদগী চফুগী পোখোক মখল মখা কয়াগী পুথোক্তুনা মীযামদা কান্নবা পীদুনা লাকখি। অদুবু চফু শাবগী শিনফমদি লৈবাক নিংথৌনা মশক খঙবা ৱাৎলি। থোংজাওনা শাবা কাংনান পুন ককচীং কাংনানপুন হাযদুনা ওন্না তৈননা মমিং চৎলি। মসিগী মবম লৈ। খুল অসিনা পুথোকপা চফু মখল খুদিংমক লাইমনাই খুলগী নুপীশিংনা মখোয়গী

লল্লোনপোৎ ওইবম্মী মখোযনা পোলাং অচৌবদা হাপ্লগা ককচীং কৈথেল তানা পুবগা যোল্লি। থোংজাও নুপী চফুশাবী অমত্তা মশা মশানা কৈথেন্দা যোনবগী মতম ফংদে চফু মৈ ইকফম ফুখোঙদা লাইমনাই নুপীশিংনা মুন্নবগা লৌনখিবা ঙাক্তনি পোথোক্লা ব্রাৎপা দিমান্ডনা হেনবা পোথোক্লি। থোংজাওনা পুথোক্লিবা চফু মখল অসি অবিবা মতমগী চফু অমদি অনৌবা মতমগী চফু হাযনা মখল অনী থোক্লা খাযদোকপা যাই।

**অবিবা মতমগী চফু, মদুগী শীজিন্নফম :**

১) কাংনানপুন – সনাপুনগুম্মা ঈশিং শোকপদা শীজিন্নবম্মী। লৈমবেন চফুসু ওইনৈ।

২) ঈশাযফু – মখা লাউবা ঈশিং খিন্নবা অচৌবা চফুনী ঈশিংপুন ৩/৪ চন্নবা শাবা য়াই।

৩) চেঙফু – চেঙ খিন্নবা মখা লাওবা, মখোঙ পানবা চফুনী।

৪) খরুং – মবিং অমসুং অতৈ চীংমী জাতিনা যু খিনবদা শীজিন্নৈ। পোৎচৈ হাপ্লগা লীবদসু অমদি লফোয ওম্বদসু শীজিন্নৈ।

৫) ব্রালোং – যুচাক তীংনবা মখা লাউবা চফুনি। কোফিুগুম্বনি।

৬) তোম্লোয – যু যাবদা শীজিন্নৈ, যু খিনবদসু শীজিন্নৈ।

৭) ঙাঙ্খ – চাক থোংবদা শীজিন্নবম্মী। লাংবন তর্পন চাক থোংবদা।

৮) মুচখুম – ঘোৎ চফু ওইনৈ, পাঙলশিংনা ইংখোলগী মনা মশিং ঈশিং চাইবদা শীজিন্নৈ।

৯) লৈবিখোঙপানবী – চুহী হাপ্পবা মখোঙ পানবা অপিকপা চফুনী।

১০) খুজাম – য়েনশাং থোংনবা উযাল গুম্বনি।

১১) খুজামমচা – শঙ্গোম অফম্বা হাপ্পদা শীজিন্নৈ।

১২) চাইবেনখুজাম – চেঙ চান্নবা পাত্রনী। চাইবেনগী চফু মওং মাল্লি হায়দুনা চাইবেন খুজাম কৌবনি।

১৩) কেগাম – চীংমীশিংনা পাম্না লৌনৈ। চাক-যেঙ্গাং হাপ্লগা চানৈ।

১৪) ঙাংকোক – চীংমীশিংনা চাক ঙানবদা শীজিন্নৈ।

১৫) ব্রাংখুম – কেগাম অচৌবনি পোং-চৈ খুম্বদা শীজিন্নৈ।

১৬) কোবেক – খুজাই মচাগুম্বনি ঈশিং থক্রবম্মী।

১৭) থালি – হৈক্রুক শেম্বদা শীজিন্নৈ।

১৮) মেবাবোন – মেবা থাউমৈ থানবদা শীজিন্নৈ।

১৯) খোমযা – শঙ্গোম শুম্বদা, শঙ্গোম যান্নবা চাইশেন মওং মানবা।

## চফু শাবগী শিনফমদা এৱ্বাডি ফংখ্রবশিং :

১।



*পদ্মশ্রী নাওবেম ওংবী নীলমনি দেবী,*

মপুবোযবগী মিং নাওবেম ঁশ্যামজাই সিংহ

পোকপা সেপ্তেম্বব ১, ১৯৩৮ ইং। ফংখ্রবা এৱার্ডশিং

ক। তুলসী সন্মান (১৩ ফেব্রুযাবী ১৯৮৬)

খ। নেসনেল এৱ্বাড (২০ ওক্তোবব ১৯৮৬)

গ। পদ্মশ্রী এৱ্বাড (২৩ মার্চ ২০০৭)

ইকাইখুম্ননিঙাই মশক ওইববী শ্রীমতি নীলমনি দেবীগী লেমজনিঙাই ওইববা মনাশিং অসি মানা চফু শাবগী লমদা মাগী হৈ-শিংলবা খুৎনা চফু মখল অপিকপদগী হৌবগা যাম্না চাউবা ফাওবা চফু মখল কযামকম শাবগা

নেসনেল অমদি ইন্টব নেসনেলগী থাক্তা মেলা অমদি ম্যুজিযম কযাদা উত্তুনা অযেংবশিংগী পুক্নীং চিংশিনবা ঙমখিবা অদুগী মহৈনী। থোঙজাওদা পোকপী শ্রীমতি নীলমনিনা মনিপুববু ভাবত্তদা নত্তনা পৃথিবীদা খুৎ-শা হৈবগী লমদা শক্তাক্লি।

২।



*শ্রীযুক্ত শমজেৎশাবম তোম্বা সিংহ, ষ্টেট এৱাডী ১৯৯৩*

অনৌবা মখলগী গম্লা ডিজাইন পুথোকপা অহানবনি, গম্লাদা নত্তনা লৈপাক্লা শাবা ৱাটব ফিল্টব লোযননা চফু মখল কযামকমগী অনৌবা ডিজাইন পুথোকপা ঙম্মী। থোইদোক-হেন্দোক্লা অউবশিংগী মিৎযেং চিংশিনখিবা "থাউমৈ পালং" মানবা ফিল্টবদা মথক্কী মনাসী ফংখিবনি।

## অনৌবা মখলগী চফুশিং :

গম্লাগী মখল কযামকম, ঙাবী খবাং, ৱাটবফিলটব উপু, লৈতেংগী চফু মখল কযামকম। চফু শাবগী শিনফম অসি অবিবা মতমদা নুপীখক্তনা শাবম্মী, শানবা মচাক লাঙবদি নিপা যাওনা হোৎনবকই। হৌজিক্কী নিপাসু যাওনা শানবে। লুবিবদি লৈপাক লৌফম মবাং কাযনা লৈশিল্লক্কে।



থোংজাওদা শাবা অবিবা চফু মখল



থোংজাওদা শাবা অনৌবা চফু মখল

## (খ) লৈমা তিল যোকপগী শিনফম :

মৈতৈ লৈবাক্তা অহানবা লৈমা তিল যোকপগী শিনফম পাযবম্বা অমসুং কাব্রংগী পোথোক পুথোক্লকপদি চকপা কাংলুপকী থোংজাও, লৈত্রাম, খুবখুল হাযবিবা খুঙ্গং অহুম অসিখক্তনি হাযদুনা অহানবা ৱাবীগী তাক্কক্তা পঞ্জখ্রে। নিংথৌ পাল্লিবৈঙে মতমদদি চকপা নত্তনা অতৈ কাংলুপকী মীওই অমত্তনা লৈমা তিল যোকপা যাবমদে অথিংবা লৈবম্মী। ইংশোক ১৯৬০ গী মতুংদগীদি সবকাবনা লৌশিল্লগা মীযামদা পাক-শন্না যোকহনখ্রে। থোংজাওদি অখন্নবা ইমুং থবা নত্তনা অতৈদি শিনফম অসি থাদোক্লখ্রে। অদুম ওইনমক কাব্রংগী ইতিহাস মনিপুবগী ওইনা নৈনবকপদা মথক্তা হাযবিবা খুঙ্গং অহুম অসিবুদি কাম্থোকপা থক যাবোই। অবিবা মতমদা লং ওন্নবা লৈবা যোনবদা লংখল হৌজিকসু ককচীংদা লৈবা পিপলস ম্যুজিযমদা লেঙদনা লৈবি। অকম্বা ওন্নবা খুৎলাই অসি অবিবা মতমগী মন সেব ছটাক চৎনবম্বগী মমাঙদা চৎনবম্বা খুজিংনী। মতমদুগী খুজিংদি চৈ১, চৈ২, চৈ৩ মথং মথং চৈ তবানা থন অমা শাই। লং থন অমা হাযবসি গ্রাম ২৫০ গুম্বনি। অবিবা মতমদা লৈমা মহুমদগী লং নাইবদা শীজিন্নবম্বা খুৎজু খুৎলাইশিংদি লংনাই চফু, চৈঙাক, থাবৈ, যোৎত্রেঙ তমং অসিনি। হায়বিবা লং নাইবগী অচম্বা খুলাইশিংসি তুংগী মীবোন্না খঙবদা ৱানা থোক্লগনি।

## থোংজাওদা লৈমতীল যোকপগী শিনফম শিথবকপা :

মৈতৈ লৈবাক্তা অহানবা লৈমতীল যোক্লকখিবসী চকপা কাংলুপকী থোংজাও, লৈত্রাম, খুবখুল অহুম অসিনি হাযনা মথক্তসু পঞ্জখ্রে। কাব্রংগী পোথোক পুথোকপদা মাংজিন থানা লাবখিবদি থোংজাও অমদি লৈত্রাম্মী কাব্রং তীলবু চকপশিংনা লৈমা তীল হাযনা কৌই। লৈমা মহুম্বুনা লশিং কৌই। থোংজাও অমসুং লৈত্রাম্মা পুথোকপা লশিংদু খুবখুন নুপীশিংনা অওন শংবাইদা ওল্লগা পুন্না পুন্না লৌই। অদুগা মখোযনা লং নাইথোকই। লংশিংদু ফিশাবী মপুং ওইনা ইম্ফাল নুপীশিংনা লৌই। লংগী পোথোক মবাং কাযনা

পুথোকপনা মবম ওইদুনা খুবখুনগী মুগা হাযনা খঙনখি। থোংজাও অমসুং লৈস্রাম নুপীশিংসু লং নাইবা হৈবা ঙাক্তনি। লং নাইবগী খুৎজু-খুৎলাই অমসুং নমুনা চপ মান্নবা ঙাক্তনি। থোংজাও অমসুং লৈস্রামগী মীওইশিংনা লৈমা যোকপবোমদা খবা হেন্না মায ওনশিনখিবগীনি। ঙসিদগী হঙ্গৎনা পাবগা চহীচা কযাগী মমাংদগী লৈবাক অসিদা কাব্রংগী ফি শীজিন্নবক্লে। অবিবা মতমদা মপানগী ফি মবাং কাযনা শীজিন্নবমদে। ইবমদমগী লশিংফিনা মপুং ওইনা চীংমী তম্মী অনিমক শীজিন্নবকখি। লশিং ফিদগী কাব্রং ফিনা মশক, মগুন অমদি মপাঙ্গল যাম্না হেল্লী, মমলসু যাম্না খেন্নে। অদুনা লাযনা শীজিন্নবা ঙম্নদে। অকে অমৌগী মতমদদা শীজিন্নবকই। মতমদুগী মুগা ঙবোং ফিগে ফনেক, খামেনচৎপা ফৈজোম নুপীগী ইন্নফি অপাবা অতাঙবা ফি ঙাক্তনি। হৌজিক্তী মুগা ঙবোংদি থোইনা ইন্নখিদ্রে। অতৈদি হৌজিকসু পাম্না শীজিন্নবি। নিংথৌকোলগী লৈমা শীজশিংনসু কাব্রং ফি যাম্না পাম্না শেৎ-ইন্নবম্মী। কাব্রং ফিগী মগুন অসুক্কী মতীক ব্রাংনা থন্নম্মী। অতৈ মখলগী ফিশিংদি লাই-তীনগী থৌবম অমদি চাকচা হৈজানবদা শুদোক চামথোক্তবদি মাংই হাযনা লৌনৈ। মুগা ফিদি মতম পুন্বদা অশেংফি ওইদুনা লৈ, মাংহন্দে। মতৌ অসুম্না মৈতৈ লৈবাক্কী মীযাম্না পাযনবম্বা মমল যাপ্নবা মুগা ফি অসি চকপা কাংলুপকী মীওইশিংনা পুথোক্তুনা মীযামদা কান্নবা পীদুনা লাকখি। নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা লৈমা যোকপগী শিনফম অসি অতৈ কাংলুপকী মীওইশিং পাযহল্লমদে, অথিংবা লৈবম্মী। ইংকুমজা ১৯৫৯-৬০দগী লৈম যোকপগী শিনফম অসি মনিপুব সবকাবনা মশক খঙলদুনা মীযাম পাক-শন্না যোক্লবা থৌবাঙ পাযখৎপা হৌবকখি মনিপুবগী মফম কযাদা কাব্রং ফর্মি শেমগৎক্লে। থোংজাওগী কাব্রং ফর্মিসু মতমদুদা সবকাবগী থৌশিল মখাদা শেমখিবনি। ইংশোক ১৯৬০ গী মতুংদা থোংজাও লৈমা যোকপগী শিনফম তপ্না তপ্না শিথবা হৌবকখি। শিথবকপগী মবমদি লৈমা য়োকপদা খ্বাইদগী মক ওইবা মচাক্তী কাব্রংচাক্লি। পাম্বী অসি লৈমা যোকপা ইমুং খুদিংনা মতিক চানা হৌহনবা ব্রানা থোকই ইংখোল মবাং কাযদ্রবদি ঙম্বা নত্তে। অতোপ্পা লমগী মীওইশিংনা মাগী মাগী ইংখোল লৈপন্দা অমদি তুবেল মপান্দা কাব্রং পাম্বী চঙখোন্না হৌহল্লম্মী

(থাবক্মী)। থাবিবা পাম্বীগী মনাশিংদু থোংজাওগী নিপা নুপীশিংনা মমল পীবগা হেক্লক্মী। চফুনা অযাম্বা মমল শক্লগা পীবক্মী মীবমগী মীনা চফু যাম্না পাম্নবক্মী। থোংজাওনা মফম অসিদা লম্মাংদোংদগী লাক্লগা খুন্দাখিবসি মৈদিংগু গবিবনিবাজগী হাক্তক্তগীনি। মহাক্না পাল্লম্বসি খৃ ১৭০৯-১৭৪৮ ফাওবা চহী ৩৯ ফাওবনি চাওবাক্লা চহি ২৬০ হেল্লে। শাংলবা মতম থোংজাওগী মীবোল কযানা লোযনদুনা লাক্লবা শিনফম অসি মীযাম্না পাকশন্না যোকখিবদগী মনা হেকফমগী খুদোংচাবদু ব্রাৎশিল্লকখি। অনৌবা কাব্রংচাক পাম্বী থাফমসু ইংখোল মবাং কাযনা লৈতবনা ইঙম ঙম্নখিদ্রে। অদুনা অখন্নবা ইমুং খবা নত্তনা অযাম্বা ইমুংদি থাদোক্লবে। চহী মতম খবগী মতুংদদি থোংজাও লৈমা যোক্লক্মী হাযবা কাউশ্রগনি। তুংগী মীবোন্না থোংজাওগী হিস্তবী নৈনবকপাদা মতেং ওইনবা ইমা ইবেনশিংদুনা কাব্রংগী লং নাইবদা শীজিন্নবম্বা খৎজু-খুৎলাইশিং মখাদা উৎচবি।



কাব্রংগী লং নাইবগী শক্তম



কাব্রংগী লং

# খুল্লোম্নবশিংগা লৈনবম্বা মবী

**থোংজাওদা খোংজাই লান :**

থোংজাওদা খোংজাইশিংনা লান তাবকখিবসী ইংশোক ১৯১৭ কী মমাঙদা ওইগদ্রা হায়না পানৈ। হায়বিবা ইং কুমজা অসিদা খোঙজাইশিংনা বৃটিশগী মাযোক্তা লান হৌকবদা বৃটিশগী খুত্তা মাযথিবা ফংখি। মদুদা বৃটিশনা লাকশিনখিদুনা তুমিন লৈখি, মদুগী মমাঙদদি লম যাম্না হেল্লম্মী মদুবু হাও ঙাওবা হায়না খঙনবম্মী। থোংজাওদা লান্দাবকখিবদু থোংজাও পুম্নমক্কী মাযোক্তা হৌবকপা নত্তে। সুপ্নগী মীওই অনীখক হাৎননবা হৌবকখিবনি। মখোয অনী অদুদি ১) কাব্রং খুল্লাকপা অমদি ২) বামোন সনামতুম।

মখোয অনীবু হাৎনিংলিবগী মবম–

অহানবদা - কাব্রং খুল্লাকপা চীংশাংলাকপগী ফমসু পাযবিবনী মঙোন্দা শিন্নবিবা শক্তিদি খা মাযকৈগী চীংশাং পবেংদা তাবিবা হাওখুনশিংগী ব্রাযেন বিচাব মানা তৌবা ঙম্লম্মী, মতমদু খোঙজাইগা চীংমী কাংলুপ অমগা খৎনবদা মদুগী বিচাব ব্রাযেন্দা খোঙজাইনা মাযথিবা ফংখি, মদুগী পেন্দবনা খুল্লাকপগী মথক্তা লম্মন খুম্নীংবনি।

অনীশুবদা - বামোন সনামতুম হাযবিবা নিপা অসি থোংজাও অমসুং ব্রাইখোং খুন অনীগী লোন্নবা তুবেলগী থোং মযাদা যুম শাদুনা মতু মচা যাওনা লৈবম্মী। মহাক মী কযা উশিংকন্দবা, খোংজাইশিংবু তাথী তাওইনা তৌখিবা লৈবজাৎনী মদুদা শাউনীংদুনা হাৎকে হোৎনবকপনি। খুল্লাকপদি চীংমী তম্মী অনীমক্লা ইকাহ খুম্নবা মীশক ওইবম্মী। মতমদুগী খোংজাইশিংনা মখোয় মশেন পুনশিল্লগা লোন্না ব্রা তানবা, শানৈ-যুনৈ তৌদুনা ঙাংনবা ব্রাবোলশিং মখোয়বু যাদবা চীংমীগী চীন্দগী খুল্লাকপগী নাকোঙ যৌবক্লম্মী। লৌশিং লৈবা খুল্লাকপনা মাগী মথক্তা খোঙজাইশিংনা শাউখি লম্মন খুম্নক্কনি হাযবা চপ চানা খঙবা ঙমখি। অদুনা নুমিদাং খুদিং যুমদা তুল্লমদে, লাইনীংথৌ

লাইবেন্থী অনীবু মনমদা পোবগা উখোঙ ব্রাখোঙদা অহিং লেপ্লম্মী। ইমুংগী নুপী অঙাংশিংবুসু মীগীদা মতম খবগী মমাঙদগী থৈদুনা তুমহল্লম্মী। খুল লৈকাইগী মীশিংদসু মিৎ-না শিংনা লৈনবা ব্রা হায়দুনা খঙহল্লী। নোংমগী নুমিদাং অথেঙবদা থাশিবমদাইগী অমম অঙান যান্নবা অহিংগী মতম্লী, ইঙা ইঙেল লোন্নবা থানী। খুল্লক্কী হুইশিংনা অকি অখংগা লোযননা হৌনা হৌনা খোংলম্মী। হুই খোংলিবদু খোংজাই লাম্লীশিংনা মখুত্তা নোংমৈ অমদি থাঙ পাযবগা খুল্লাকপগী যুম বাউন্দ তৌশিনবদুদা শাউদুনা খোংবা ওইবম্মী। খুল্লাকপগী যুম মমাঙ থোঙ থাঙনা যানখাযবা অমদি থুগাযবা তৌবগা খোংজাইশিংনা ইমুংদা চঙলম্মী অদুবু মখোয নীংবা কাযবে, খুল্লকপা লৈবমদ্রে অসিগুম্নবা তাঞ্জা অসীমক্তা খুলাকপগী অব্রাং থংবদা লৈবা শমজেৎশাবম চুডানা মপান্দা হুই খোংবা অমদি থোঙ কাওথেকপগী মখোন তাবদু কবি মতৌনো খঙনীংদুনা থোঙ হাংদোক্লগা মপান থোকউবদা হান্না লুমদুনা লৈবম্বা খোংজাই লাম্নী অমনা চুডা তম্না নোংমৈ কাপ্লক্লম্মী। নোংমৈ গুলিনা পাল্লবা চুডানা খুৎলৈ থুনা ইমুংদা চেনশিল্লগা থোঙ লোনশিনখিবম্মী। খোংজাইশিংদুনা যুম মৈ থানবা মৈ-লা, মৈ-লা হাযনা ঙাংনবকপদা চুডাগী মমানা ইমুংদগী ইচাশা ইবুংশা যুম মৈ থাবীগনু ! যুম মৈ থাবীগনু ! হাযনা কপ্লগা ইমুংদগী লাউবক্লম্মী অসোমদসু খুল্লাকপগী যুম মৈ থাবা হৌবে। যুম মৈ চাকপা হুই খোংবা অমদি কপ্পা লাউবগী অবাঙবদু তাবদা লৈকাইগী মীয়াম থোক্লবক্লে। তৌবল্লিবা ইবাংদু কবিনো হাযবা মশক খঙলবদা পাইবক্কী লৌশিং লৈবা অহন লিক্লাই মপানা অহৌবা খোঞ্জেন্দা "খোংজাই হাৎলু" হাযদুনা লাউবক্লম্মী। নাকল অমবোমদগী পাইবক্কী লৌশিং লৈবা অহন অমনা "অমা হাৎলে" হাযনা পাউখুম পীবক্লম্মী কযাদা লৌশিং লৈবমগ্রবা ইপা ইপুশিংদু, লানকায় ব্রাহৈদু তাবদগী খোংজাইশিং কিদুনা অমম্বা অহিং অদুদা মফমদু থাদোক্লম্লগা কাযদুনা চেন্নখ্রে।

নুমিদাংগী লাইবক থীবা থৌদোক অদুদা শমজেৎশাবম চুডা নোংমৈ গুলিনা মথবাক্তা পানবদগী লাযকন্নবা ঙমদনা মথ্বায থাগ্রে। মহাক খুল্লাকপগী মুহোবী (প্রাইভেট সেক্রেতবী) ওইদুনা মতম পুম্নমক্তা মতেং পাংলম্বনি।

খুল্লাকপগী যুমদি মৈচাকপা হৌগৎলকপগা তান চানা নোং কন্না চুবথবক্তুনা মৈ চাকহৌদ্রে। মতৌ অসুম্না কপ্পা লাউনবা লাঙনবা মবক অসিদা খুল্লাকপনা মনমদা লাইনীংথৌ লাইবেম্বী অনীবু পোবগা চঙলকপা উবদা অমুক্তা হেন্না কপ্পবে। খুদক্তা নোং চুবক্তুনা খুল্লাকপগী যুম মৈ চাকহৌদবদু লাইনা তশেংনা কনবনি হায়না লৌনখি। নোংঙাল্লে নিপা নুপী অঙাং পুন্না অমত্তা কায়নদনা লৈবিঙে তাঞ্জা অদুমক্তা বামোন সনামতুমগী ইমুং পুন্না হাত্তোকপিবম্বগী পাউ অমুক থুংলবে। মীযাম হৌনা চত্তুনা যেংমিন্নরুবদা অঙকপা লাইবক থীবা থৌদোক হাযবদু ওইবল্লে। বামোন সনামতুম মকোক যাওদনা উপ্পা তাদুনা লৈবল্লে। মাগী নুপী অমদি মচানুপী চহী অনী অহুমদা শুবিবী অদুগা মমা মচা পুন্না থাঙনা যাল্লগা হাত্তোকপীবম্বা থেংনবে। কযাদা তমথিখ্রবা মীহাৎনো। সনামতুমদি মাগী অশিবা মশাদু খুদৈ কিশি শেৎলগা থাংজৌ মনাক্তা তাবম্মী। মাযোক্লবা লানফমদা শিবনি হায়না ঙাংনৈ খোংজাইশিং অশোক অপন যাওবম্বা যাই হায়নসু থাজনখি।

মতৌ অসুম্না খোংজাই লালহৌদা থোংজাওনা অৱাবা মাযোক্লখি। খুনগী অৱাবা পাউদু মতমদুগী লৈঙাক সাসনগী মপু বৃটিশ সবকাবনা তাবদুনা পম্থবা তৌদনা লাম্মী থাবক্তুনা থোংজাওবু ঙাকশেলহনখি। সিফাইশিংনা কোব খাদুনা মতম শাংনা লৈখিবা মফমদু কোব ইংখোল হায়না খঙনবম্মী। মফমদু হৌজিক থোংজাও মখা লৈকাইদা লৈবিবা প্লেগ্রাউন্দ অসিগী সোবোক্কী নোংচুপ থংবা মফম অসিদনি।

## থোংজাও অমসুং ৱাইখোং অনীগী হান্না লৈনবম্বা মৰী :

ৱাইখোং থুমগী পোখোক্লা মশাগী শেম্ঙোক লম্বী ওইবম্মী। নিংথৌ মনাই, লৈমমনাই খায়দোক্তুনা লৈমা নিংথৌনা শকখঙলবা অচানবা খুঙ্গং অমসু ওইবম্মী। থোংজাওনা চফুগী পোখোক্লা মশাগী শেন্দোক লম্বী ওইবম্মী শেম্ঙোক লৈবা মীওই কাংলুপ অনী মতম শাংনা লৈমিন্নবা য়ানগন্দে মুক্লগল্লী। ৱাইখোংদি খুন্দা অবিবা ওইবনা মীশীং যাম্মী, থোংজাওদি য়ামদে।

ৱাইখোং মবক্তা থোংজাওনা লৈবদা নুংঙাইবক্তে, অদুবু শিনফম অনিগী মবিদি থাদোক্লবা যাবা নত্তে, অসুম্না চহী খবা লৈমিনববা তুংদা খুন অনীগী অহনশিংগী থৌশীল মখাদা ৱাইখোংগী অৱাং থংবা তুবেল ৱাংমদা থোংজাও মখৈ লৈহনখি। হৌজিক থোংজাও উমংলাই হবাওফম ওইবিবা অসি থোংজাওনা অহানবা খুন্দাখিবা মফম্নি। মতমদুদা মীশীং য়ামদবা হাযবসী অৱাবগী মশক্নী। মীশীং হেনগৎনবা খুঞ্জাও-লৈচাউননবা উমং লাই লাত্তুনা ইবাৎ থৌনিবা চৎনবম্মী মবম অদুনা মতমদুদগী হৌনা উমংলাই লাৎপা হৌখি।

## ৱাইখোং অমদি থোংজাও অনীগী ৱাথোক :

ৱাইখোং অমসুং থোংজাও খুল্লোন্নদুনা লৈবদা খুন্দা অবিবা ৱাইখোংনা মীশীং যাম্না হেনবনা খুনগী ওইনা মখোযনা থোংজাওবু খবা লাকচৈ। পোইনু লৌবোকথা মতমদা ৱাইখোংগী ইবোই শল্লুপনা থোংজাওগী লৌকোন্দা চঙদুনা শালাক শানা নৈখাযবম্মী। মদুদা খুল্লাকপা যাওনা মীযাম হৌদুনা ৱাইখোংদা ৱা হাযকৃবা মতমদা ফল্লিবা খুল্লাকপা যাওবা মীওইশিংদুনা থৌওই-ৱাওইদনা লৈথোক্লম্মী। মদুদা থোংজাও খুল্লাকপদি মৈ হৌনা শাউবে। "হায ৱাইখোং খুল্লাকপা নখোযনা মীশীং যাম্বা হেল্লি খন্দুনা থোংজাও ঐখোযবু কবিমত্তা উশিৎপা লৈত্রে। নখোযগী ইবোই শল্লুপ্না থোংজাও ঐখোযগী লৌকোন্দা চঙদুনা শলাক-শাব ফাওবদা কবি লৈগে খন্দনা থৌওই-ৱাওইদনা লৈথোকপদি কাব্রং খুল্লাকপা ঐবু শীংনবনি ঐবু উশিত্তবনি। খঙগনিদো হন্দক্তি খুল্লাকপা ঐগী ইতীক খঙহনগে।" অসুম্না যাম্না শাউনা ঙাংলম্লগা থোবকপদা মাগা লাকমিন্নবা থোংজাও মখৈসু মাগী তুং ইন্নবকখি। ৱাইখোং মখৈনসু থোংজাও নখোযনবু ঐখোয়দা কবিবু তৌজবা ঙমগদৌবিবনো হাযদুনা কবেম্নবা ৱাহে শীজিন্নদুনা লৈহৌহি।

মথংগী নুমিৎনী নোংঙাল্লকপদা কাব্রং খুল্লাকপা উমংলাই লাইনীংথৌ লাইবেম্বী অনীবু চেৎনা থাগোন্নজে। মিত্তগী পিগী ঈবা শিম্বনা হাযজবকখি– "হে লাইনীংথৌ লাইবেম্বী অনীমক্লা ঐনা হন্দক ৱাইখোংগী মথক্তা লম্মন

খুমগে খন্না মৈদিংঙু মাগী নাক্তা চৎলিবসি মৈদিংঙু মানা চানবিবা ওইহনবিযু।” হাযনবু মালেম লৈপক্লনা খুকমজখি, খোঞ্জেন থোক্লা কপখি। অতাবমখৈসু কপ্লখি। অদুদগী শেৎন-ইন্নবা ফি-বোল, চান-থক্লবা পোৎ-চৈ অমদি চয়োম চেংজেন নম্বো পোবগা খোঙনা নিংথৌ কোনুং চৎনবা থোবকখি। মাবু থিন্দোবকপা মীশিংদা– “খুনগী ইচা ইনাও পুম্নমক পুক্লিং চঙনা তাও ! ঐনা হন্দক মৈদিংঙু চুডাচান্দগী নাক্তা ব্রানাবা চৎলিবসি তবাই তবাইবোই, ঐনা ব্রাইখোংগী মথক্তা লম্মন খুন্বা ঙমদ্রিফাও যুমদা খক হল্লক্লোইযে অদুনা নখোয নিপা মখৈ নথৌনা লিংজেন থুপ্লগনু ঐনা হল্লক্ত্রি ফাওবা ইখুঙ্গংবু নীংথিনা ঙাক শেল্লম্মু অদুগা মবক মবক্তা ঐগী নাক্তা চেংজেন থিল্লকও। অসুম্না খুনগী মপী মপা অমা ওইবগী মতিক মযাই চপ-চানা চেল্লবা কাব্রং খুল্লাকপা মযুম থাদোক্লম্লগা কোনুং মাযকৈ পাংখি। অসুম্না মৈদিংঙু চুডাচান্দগী নাক্তা মতম খবা লৈবে। মাবুদি হান্না নিংথৌনা শক খঙলবা মনাই অচানবনি। মহাক মতীক মগুন লৈবা, অশিংবা মী ওইবনা মহাক্কী অনীং-অপাম পুম্নমক নিংথৌগী মফমদা পাকহেক হাযদোক্তে যাম্না শিংনা হোৎনৈ। খুনগী লুচিংবা অমনা নিংথৌ অমগী মফমদা চৎগদবা হৌন-লোনচৎ অকাযবা অমত্তা যাওদে। অসুম্না মতম শাংনা থা অমা চুপ্না লৈবক্লবদা নোংমগী নুমিত্তা নিংথৌনা মঙোন্দা ব্রা হংখি– মদুদা মানা মাগী পেনখিদবা ব্রাইখোংগী থৌদোক্কী মবমদা পুকচেল শেংনা পাউদমখি পাউদম অদুনা মবম ওইবগা নিংথৌনা ব্রাইখোংগী লুচিংবা অহনশিং কৌখৎলগা থোকখিবা থৌদোক্কী মবমদা ব্রা কুপ্না হংখি। ব্রাইখোংগী অহনশিংনা মশাগী মবাল যাজখি। মবাল কোক্লবা কোনুংগী থাঙ্গম পাৎ তৌবা যাওহনখি।

**থোংজাওদা শা কৈগী অব্রাবা মাযোক্লবম্বা :**

অবিবা মতমদগী হৌনা চীঙ্গী উমং ব্রামং নক্লা লৈবনা শা কৈগী খুদোংথীবা মাযোক্লদুনা লাকখি। লম্মাং লমজাওদা থাদোকপা ষন ইবোই কৈনা ইতৎ তত্তনা চাবম্মী। খুল্লক্তা কৈ চঙলক্তুনা ঙানু যেন ষন লাকই। চীংদা উযানবা, শীং চনবা, ই ফানবা নাইতোম চৎপা কিনবম্মী। শা কৈ

ঙাকথোক্লবা উপায থিনবকপদা লমকাং জাতিগী পান্থা হাযনা খঙনবা চীংমী কাংবু অসি থোংজাওনা লম পীবগা খুন্দাহনখি। মখোয অহানবদা মন্ত্রী মচেৎ পুকম পান্থা হাযবা মফম অদুদা লৈবম্বনি। মখোযদি হু তৈবা তেন শীজিন্নদুনা শাথীববা কৈ লাযনা হাৎপা ঙম্মী। মখোযবু মফম অসিদা খুন্দাহনখিবসি ইং কুমজা ১৯৪৭ তনি। খুন্দা অহানবগী লুচিংবশিং -

১) খুলাব খালনোই খুল্লাকপা
২) সেলসি থম্পোন
৩) সোংনেম বেসোই
৪) সেলসি সেলোন
৫) খুলাব মোতোয
৬) সনখিব কোদা
৭) সনখিব বেচো
৮) সনখিব সেলমেঙ
৯) দিলবুং থমুক
১০) খুলাব বেঙতপ
১১) সনখিব কোবেং
১২) লৈরোন অঙশোই
১৩) লৈরোন বুংলোন
১৪) যাংরৈ থম্লোক
১৫) লৈরোন অঙথু
১৬) খুলাব থম্লোক

থোংজাওগী লুচিংবশিং -

১) লৈমপোকপম তমফাজাও সিং
২) শমজেৎশাবম কাহ্নাই সিংহ
৩) ব্রাংজম সনাতোন সিংহ
৪) শমজেৎশাবম চাউবা সিংহ
৫) শমজেৎশাবম থম্বালজাও
৬) লৈমপোকপম নব্রাং সিংহ
৭) লৈমপোকপম তিলো সিংহ অসিনচিংবনি।

খুন অনীগী লুচিংবা অহনশিং অসিনা অমনা অমগী অৱাবদা তেংবাং পীনবম্মী। অসিগুম্নবা ইপা ইপুশিং অসিবু তুংগী মীবোলশিংনা মখোযগী মফমদা তৌবীমল উৎফম থোকই।

## চীবিক তম্পাক :

মফম অসি যুম তাবসু যাবা, লৌউফমগী খুদোং চাবসু ওইবা তম্পাক লম অমনি। মফম অসিগী অকোযবদা লৈবা চীংমী শিংনা যাম্না মিতাফম ওইবা

মফমনি। মফম অসি মাঙজৌননা থোংজাওগী বির্জাব লন্নী হায়নবা সবকাবদা দাবী তৌহৌদবনা অকোযবদা লৈবিবা চীংমীশিংগা মুন্নবগী ৱাথোক লৈখি। অহানবদা পুকম খুম্নেনগা মুন্নবদা অচৌবা ৱাথোক ওইখি। কোর্টকী মতেং লৌনদুনা নাকল অনীমক্কা কেশ তৌনবদা এস ডি ও থৌবাল মতমদুগীদি লাকপা হায়না খঙনৈ। কেশ লোইশিনবা যানবগীদমক লাকপা কুমলগা লম যেম্থোক্তুনা কেশ লোইশিনখি। মতমদুগী থোংজাওগী লুচিংবশিংদি -

১। শমজেৎশাবম কাহ্নাই সিংহ ২। লৈমপোকপম তম্ফাজাও
৩। শমজেৎশাবম থম্নৌ সিংহ ৪। অসেম কাহ্নাই সিংহ
৫। শমজেৎশাবম চাউবা সিংহ ৬। শমজেৎশাবম থম্বালজাও
৭। লৈমপোকপম নৱাং অসিনচিংবনী।

মমল যাম্বা মীনা মিহৌবা যাবা পোৎপু মফম চানা চেকশিন্না লোইশিনহৌদবগী মিহৌচাউবশিংগা থেংনবা লোইবা নাইদে। ২শুবদা পাম্থদা লৈবা অঙলুন কৌবা নিপা অমনা লুচিংবা কাংবু অমগা অমুক থেংনখি মদুদি থোংজাওনা লাইনা ঙমখি। ৩শুবদা থোংজও ইম্ফালদগী লাক্লগা লৈবম্বা গোপাল সনানা লুচিংবা কাংবুগা কেশ থেংনখি। গোপাল সনা অমদি সোইবম মুনানগী ইংখোল মতেক খবা খবা কাব্রং ফ্রার্ম অসি শেম্লকপদা (ইংশোক ১৯৫৯) কল্লম্মী। মখোযগী লম অদুগী মহুৎ চীবীক তম্পাক্তা পীযু হাযদুনা মনিপুব সবকাবদা দাবী তৌবম্মী। থোংজাওনশু মখোযদা লম পীবা যাবোই হাযদুনা সবকাবদা কন্না দাবী তৌবম্মী মদুসু পোট্রবী গ্রাউন্ডদা থেংনখিবনি। মদুদা শেল যাম্না তিংখি। লৈত-লাযবগী অৱাবা কযামকম মযোক্লখি। কেশ অদুগী থোংজাওগী লুচিংবশিংদি -

১। শমজেৎশাবম অঙাংযাইমা ২। লৌবেশ্বম তোম্পোক সিংহ
৩। শমজেৎশাবম সনাজাও সিংহনচিংবনি।

৪শুবা অচৌবা ৱাথোক - ইংশোক ১৯৭৬-৭৭ তা আইহাঙগী খোংজাই নিংথৌগী মচা নিপা অমনা লুচিংবা চীংমী কাংবু অমনা ইখঙ খঙহৌদনা থোংজাও অমদি সবকাবগী অযাবা যাওদনা চীবিক্কী খা-থংবা লম্পাক্তা য়ুম

মচা ২০ লোম শাবগা মী লৈবা হৌখি। নোংমগী নুমিৎ অয়ুক্কী পুং ১১ বোম তাবা মতমদা লৌ খোইনবা ত্রেক্তব পুশিন্দুনা লৌ খোইবা হৌবকখি মখোয়গী উশিত্তবা মতৌ উবদা থোংজাও নিপা নুপী খুদিং মখুত্তা মী শিবা যাবা খুৎলায পাযনবগা চীবীক তম্না ফুজিন্নখি। মিকুপ খবগী তুংদা অকনবা লান হাযবদু ওইবে। নাকল অনিমক খুৎলাই শীজিন্নবে। মমৈথংদা খোংজাই কাযদুনা চেল্লে। মখোযগী লুচিংবা অদুদি লানফম অদুদা খবা শাথিনা শোকখি। পুলিসনা মাবু কন্নবা লাযেংবদা হিদাক ওন্নদুনা শিখি হাযনৈ। মিশি অদু থোংজাওনা হাৎপা তাহনখি। পুলিসনা থোংজাও নিপা নুপী কয়াবু ফাবগা জেলদা থাজিনখি জেলগী অৱাবা মাযোক্লখিবা মীওইশিংদি -

১। শমজেৎশাবম গোপিন
২। শমজেৎশাবম গৌববীধু
৩। খুমুকচম অমুজাও
৪। লৈচোনবম কালাচান্দ
৫। লৈচোনবম চাউভল
৬। থাংজম ইবোচা
৭। থাংজম অচৌ
৮। নিংথৌজম তোলেন
৯। শমজেৎশাবম তোম্বা পিতা লৈখোনসিং
১০। শমজেৎশাবম ওংবী বিধুমুখী দেবী
১১। লৈমপোকপম ওংবী কুন্ধাবি দেবী

মথক্কী মীওইশিং অসি নুমিৎ ৪৫ নি জেল মনুংদা অৱাবা খাঙখি। থোংজাওনা চীবীক তম্পাক কন্নবা হোৎনবদা খুঙ্গঙ্গী লাযব মশীং হেনখি। শেম্ভোক লৈবা খুল ওইদুনসু যুমথোঙগী শেলখায পুথোকপা ঙম্মবক্তে। মতমদুগী উকীলদা পীনবা শেলগী হিসাব চাউবম্মী। চীবীক্তী কন্দবা যাদবা মতাং ওইবনা শেলগীদমক খুলগী পাম্মুনববা অৱাংগী শম্লম যোম্থোক্লগা চীবীক কেশদা শীজিন্নখি। অহানবদা শাঞ্জবুংগী মিংদা থেংনবম্বদু মতমগী যাওল মতুং ইন্না শঞ্জাবুং থম্বা যাদ্রে হাযদুনা সবকাবনা নোটিশ থোকখি। চফু শাবা ইন্দষ্ট্রিজ অসি সবকাবনা মশক খঙবিদুনা লৈপাক পেকফম খনি অমা ওইনা বিজাব লমনি হাযদুনা মতমদুগী ফাইনান্স মিনিষ্টব সোলমোন্না ওর্ডব থোকপিখি। অদুম ওইনমক কেশগী অৱা চৈথেং নংলবা মতমদুগী লুচিংবশিংনা

লম্মাং লমজাও ওইনা থম্বা পাম্নবক্তে। অদুনা খুলগী অপুনবা মিটিং তৌবগা ৱাবেপ তাখি।

১শুবা ৱাবেপ - খুঙ্গং মনুংগী ইংখোল মতীক চানা লৈতবা লাযববা মীওইশিং চীবীক্তা যুম তাহনবা যানবে।

২শুবা ৱাবেপ - লৈপাক পেকযমগী লৌ পাবী মবিদং খাক্লগা অতৈনা লৌ ওন্থোকপা লৌফমশিংদু যুমথোঙগী ওইনা যেন্নবা হাযনা ৱাবেপ লৌখি। মথক্কী ৱাবেপশিং থবক ওইনা ওন্থোকখি চীবীক্তা খুন্দাবা হৌখিবা ১৯৮০ ইংদনি।

## নীংশিংবা যাবা খবা :

১। পাইযান চীংজেং -

চীংমী অমদি তম্মী অনিগী লমগী সিমনা (বাউগুবি) খঙনবা নিংথৌ পাম্রিঙৈ মতমদা উদা পাই (চীংমীগী পোৎ পুনবা লী নত্রগা পযানা শাবা থুম্মোক্লুম্বা) যাম্লম্মী। অদু নোংগীবু পাউযান চীংজেন কৌনা খঙনখি।

২। কৈবাক থিংঙেন -

ফান্দু তুবেল মবিন্দা লৈবা বাইখোংদগী থোংজাও, এলাং খানপোকপী যাংদোং থৌনাওজম খুন অহম্না নাকন অমা ওইবগা ঈশিং যেন্নফমগী থিংঙেল অমনি। অহানবদা ৱাইখোংলোমদা মহৌশাগী খুৎশেম ওইনা পুন্না চেম্লম্মী। এলাং খানপোকপীনা ৱাইখোংদা লাক্লগা ঈশিং খাইবিনবা নিবখি মদুদা ৱাইখোংনসু যাখি। ঈথৈ লৌখোং (কেনেল) শেম্লগা থিংঙেল থিংদুনা ঈশিং চেলহনবা হৌখি। অদু নোংগীবু কৈবোয লাক্লগা থিংখিবা থিংঙেন্নী হাযদুনা কৈবাকপা থিংঙেল কৌনখি।

৩। ষল্লান চীংজেং -

থোংজাওগী মমাং থংবা নোংপোক শরুক্তা ষঞ্জাবুং অনী লৈবম্মী, চীংলু কোক শরুক্তা ষঞ্জাবুং অনী লৈবম্মী, চীংলুকোক অমদি চীবীক তম্পাক।

মফম অনীগী হঙ্গৎ হন্দা খুনগী ষল্লুপ শেল্লম্মী অদুনোংগীবু ষল্লান চীংজেংবু হায়না খঙনখি।

৪।  লাইফাবম কাচিন -

লাই অমা (লাইবেন) অবিবা মতমদা ফাখি অদুনোংগীবু লাইফাবম কাচিন কৌনখি।

৫।  লম্বোইচীং -

মমাংঙৈ মতমদা লম্বোইবা অমা মাগী থৌওং থৌদা খুনগী মীনা যানীং যানীংদবা কয়া যাওবকপদা ৱাবকপা ওইনা ফুবদা খুৎ খবা হেঞ্জিনখিদুনা শিবম্মী। মাগী অশিবা হকচাং হুন্দোকখিবা মফম অদুবু লম্বোইচীঙ হায়না থোনখি।

৬।  থেংবাবন্দ(থেংবাপন) -

পুম্লেন পাৎকী মনুং চন্না লৈবা খোংলম ওইনা তৌবা পাৎ অমনী। মসীদা লূ-লাং থাদুনা ঙা যাম্না মবাং কাযনা ফাবা যাবম্মী। চহী খূদিংগী পাৎ শেল লিলাম ওক্তুনা শোয চানবম্মী থোংজাও খুনগী সিমনানী (বাউন্দবিনী) হৌজিক্কী এলাংখানপোকপীগা যেৎনদুনা লৈবি। মমাঙঙৈদা থেঙ্গু অমা ফাখি, অদুনোংগীবু থেঙ্গু ফাব পন হায়না থোনখি।

৭।  চকপশিংগী তোপ-তোপ্না চৎনবী -

অঙাং পোক্লগা শিবা থোক্লবদি মৈ চঙই। মৈতৈগী অতৈ কাংলুপ্পী চহী অহুম শুদ্রিফাওব মৈ চঙদে, ফুম্মী। চকপগীদি মীওই মুর্তি শুনা পোক্লগা শিববদি মৈ চঙই। মীওই শুদ্রবদি শোইবেন চিংই। শোইবেন্দি ফুম্মী।

# ধর্ম্ম অমসুং লাইনিং লাইশোল

## লম্মাংদোংদগী (লুম্লাংদোং) উমং লাই পুবকখিবা :

লম্মাংদোংদগী লাইনীংথৌ লাইবেম্বী অনীগী কোমাযসী (কোলু) পুবকপা মতমদা লম্বী মতেক খবা ঈশিংগী লম্বী হিদা পুবকখি। লোক্তাক পাৎকী ঈযাযদা হৌবম্বা হৈকক হেক্লগা লাইদা হান্না কৎলগা চাদুনা অৱা পোথানৈ। ঈশিংগী লম্বী লোইবদুনা খোঙলম্বী শাবীক চীংঙ্গোন্দা অমুক লাকখি। লম্বী চৎপদা ৱানবক্তুনা ঙাইহাক পোথাবদা চীংদা হৌবা থাংতুপ খাঙলগা লাইদা কৎনবা হোৎনবদা থাংতুপ মখোঙদা থোইবী নমথৌ অমসু শাবম্বা থেংনখি। মদুসু লোক্লে, থাংতুপসু খাঙলে অনীদু পুন্না লাইদা কৎলগা চাদুনা অৱা পোথানখি। মদুদগী হৌবদুনা চহী খুদিং মথক্কী পোৎলম অহুমসি উমং লাইদা কত্তুনা লাক্লি। থোই কৎপদি মেবা থাগী পানখৎলকপদা অফবা নুমিৎ থাবান যেংলগা কৎনৈ। থাংতুপ অমদি হৈকক্তি কালেন থাদা মথক্কী নুমিৎ থাবান যেংবগুম যেংলগা কৎনৈ। অনী পুন্না কৎপা নত্তে অমমমদা ওইনা চহী অমমম কান্নবগা কৎনৈ। কনাগুম্বা যুম নত্রগা ইংখোন মনুংদা থোই শাববদি ফত্তবা দষা নংকল্লী থাজনৈ। থোইদু লোক্লগা থোংজাও লাইদা কথোক্লদি মহু মযাই পুম্নমক কোকই থাজনৈ। অদুনা অবাপ্পদা লৈবা মীওই কযানা থোই কৎলবা যাওই। থোই মখলদি - নমথৌ, লৈচঙ, ঙালেন, থোইঙান মখল মবি অসিনি। থোইঙান অমদি ঙালেন থোই মখল অনী অসিদি ইংখোন্দা কযা তোযনা শাগন্দে।

## মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবম্বা লোই মখল :

১) গৌবিযা চৎলু যাদবা লোই, ২) লানফা লোই, ৩) লালঙমলোই ৪) লমচৎ নাইদবা লোই, ৫) লৌনবা যাদবা লৌনবগী লোই, ৬) নিংথৌগী মাযোক্তা থবক তৌরুবগী লোই, ৭) ব্রহ্ম সভানা ইন্থোকপা লোই। লোই

অমসুং পানা কাংলুপ অনীগী চৎনবীগী পন্না মবক্তা খাদুনা মতম কুইনা লৈবকখি। চাবৌ-মৌবৌনবমদে। লোইগী ইমুংদা চাক চাবা মতমদা তোঙান থোংলগা চাবম্মী, লোইগা পুন্না চাক চামিন্নবা তাবগসু চৈ খল্লগা চাহল্লম্মী। পুম্নমক মতমদুগী লৈঙাক সাসনগী মখাদা থোকহল্লম্বা ঙাক্তনি। কাব্রং খুল্লাকপদি মতমগী যাওল খঙবা অশিংবা মীশক ওইবনা চৎনবীগী যাওলদা ঙন্তা যাওদুনা গৌবিয়া চৎখি। ধর্ম্মগী অবি অনৌ লাংদাই ওইবনা খুনগী মীশীংবুদি অকনবা ইথিন পীখিদে, অপাম্বা মখৈনা মাগী তুংদি ইনখি। মতম অদুদগী হৌনা থোংজাও গৌবিয়া চৎপা হৌবে। জপান লান মমাঙ অমসুং মতুং ১৯৪০-১৯৫২ দদি থোংজাওদা গৌব ধর্ম্মগী ওর্গেনাইজেসন মপুং ফানা কনখৎলম্মী। মতমদুগী লুচিংবশিংদি ১) ব্রাংজম সনাতোন, ২) লৈমপোকপম তম্ফাজাও, ৩) শমজেৎশাবম কাহ্নাই, ৪) লৈমপোকপম নৱাং, ৫) শমজেৎশাবম খেনল, ৬) যুম্লাম ইবোতোন, ৭) শমজেৎশাবম থম্বৌ, ৮) শমজেৎশাবম চাউবা, ৯) শমজেৎশাবম পন্তান, ১০) ব্রাংজম নাথো অসিনচিংবনি মখোযনা লুচিংদুনা গৌব ধর্ম্মগা মবি লৈনবা ৱাবি লাইবিক কযামকম অখঙ -অহৈশিং কৌবগা লীহন্দুনা মীযামদা ভাব তাহনখি। একাদশী ব্রত তৌবা, ৱাবি লাইবিক তাবা অসিনচিংবা কৃষ্ণ ভক্তগী মশীং হেনগৎনবা হোৎনখি। অযুক্কী চাকচমাঙদা চন্দোন উপু পুথোক্তুনা মশা মশাগী লাইনীং লাইশোল তৌনখি। লুচিংবা খবদি পাঙ্গোৎ হাযনসু খঙনখি।

## মৈতৈ লৈবাক্তা চকপা কাংলুপ্না গৌবিয়া চৎলু যাখিদবা :

মৈতৈ লৈবাক্তা গৌবিয়া (গৌব ধর্ম্ম কৃষ্ণ নীংবা অমসুং লাৎপা) চঙলকখিবসি ইংকুমজা ১৭৬৩-১৭৯৮ চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) নিংথৌগী হাক্তক্তনি। ধর্ম্ম শন্দোকপগী লুচিং পুবেন বেঙ্গলদগী ভষ্কব গোষাযনা ওইখি। মৈতৈগী হান্না লৈজবম্বা লাইফম তীনফম, লাইনীং-লাইশোন, চৎনকাঙলোন হবাউ কুম্মৈ খুদিংমক মযাং চৎনবী (কলচব) দা ওম্থোকপা হৌবকখি। ধর্ম্ম শন্দোকপা গোষায কাংবুনা অপাম্বা থবক চথবকপদা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা

অযাবা পী। মদুগী মাযোক্তা লৈকৃবা থোক্লবদি চৈবাক দণ্ডী পী। অদুনা ধর্ম্ম শন্দোকপগী খোঙজেন যাম্না যাঙনা চঙশিল্লম্মী।

**গৌবিযা চৎপগী কাঙলোন :**

গৌবিযা চৎপা মীশক অমনা অহানবদা ধর্ম্ম শন্দোকপা বামোন গোষাযদগী লাইমিং লৌগনি। মদু গুরুনা ধর্ম্মগী দীক্ষা পীবা কৌই। গৌবিযা চৎলবা মীওই কাংলুপ্পু পানা থোকপা কৌই। চৎলু যাদবশিংনা লোই কৌই। পানা কাংলুপকী নিপামচা, নুপীমচা পুংখক চাউবক্লবা নিপানা শনশেন শনঙাক নুপীনা চাকথোং-ফৌশু ঙন্নক্লবা মতমদা মযাং গুরুদগী লাইমিং লৌগনি। লাইমিং লৌবা নুমিত্তা তৌগদবা নিতি নিযমদি - ইকুজবগা চন্দন থিনবিগনি (গুরুনা) উবিক লুগুন থাংবিগনি, নুপী মচাদি উবীকতমক থাংবিগনি সোলহ নাম তন্বীগনি মীপুম খুদিং সোলহ নাম চিনফা পুদবা যাদে। গুরুনা মাগী খোঙজুম পীথক্কনি মদুবু চবনামৃত পীথকপা কৌই। লাইমিং লৌববা মীদু গুরু উনবা খুদিং খোঙ শাংনা তিংথোক্কুনা খুরুমগনি। নুমিৎ খুদিং ইকুজবগা চাক চাবা মতমদা শুদোক্লবা ফিদমক শেৎলগা চাগনি, মুগা ফিবুদি মতম পুন্নমক্তা শেংহল্লী শূদ্রবসু যাই। শা যেন চাবা যাদে। কবিগুম্না লাই-তীনগী অমদি অতৈ অতৈ দেব কর্ম্ম শিংগী থৌদোক্তা ইকুজবগা চন্দোন থিনগনি, উবিক লুগুন থাংগনি, হাযবিবা নিযমশিং অসি ঙাক্তবশিংদি মাংই। অমাংবশিংবু গুরুনা মনা তৌবা ঙম্মী।

**পানা কাংলুপ্না চন্দন থিনবা :**

মৈতৈ লৈবাক্তা অহানবা চন্দন থিনবগী মওংসী লাইবক্তা খুৎনা নম্নগা থিন্নবম্মী। মদুবু নমশা পারুম কৌনবম্মী গৌবিযা চঙলকখিবদগী হান্নগীদু তোকথোকহল্লগা দ্বাদশ তিলকী নিযম কাংলোন মতুং ইন্না হকচাংগী মফম তবানিথোইদা চন্দন থিনবা চৎনবা হৌবে। পানা থোক্লবা কাংলুপশিংনা লোই কাংলুপকী মীওইশিংবু যাম্না হন্থনা লৌবম্মী। মখোয মশা মশাবু অৱাংবা

থাক্কী কাংলুপ্তা চল্লবনি খন্দুনা চাউথোক্লবস্মী, চন্দন থিনবদা লেম্লবগুম্না লৌনবস্মী চন্দন থিনবদা হৈবোই হৈতবোই চবাক চবাক খুৎনা খবা ছাপানা খবা হকচাংগী মফম ১২দা তৈশিল্লস্মী। গৌবিয়া চৎপগী নিযম কাংলোনশিং অসি চকপাশিংনা উবকপদা হাযনিঙাই লৈতনা যানিংলমদে। অদুবু ধর্ম্ম শন্দোকপগী কল্লবা ঈহৌ অদুগী মাযোক্তা খাঙদুনা লৈবদি ঙমখিদে। অদুনা পুন্না ইম্ফালগী মফম অমদা লৈবস্না চকপা কাংলুপকী মীওইশীং কাযদুনা চেন্নথ্রগা লোইচীং-লোযা ওইবা মফম কযাদা চাইথোক্রদুনা খুন্দাখি। থোংজাও, ফযেং, লৈস্রাম, খুবখুল, শেকমাই, অন্দ্রো নীংশীংবা যাই চকপশিংনা পানাশিংবু মাযতৈ মাযতৈ হাযনা মখোযনা চন্দন তৈবদু উবদা নোক্লখি। মাযতৈদগী মথং মথং খোন্থেদা মৈতৈ কৌনখি। তাঙ্কক অসি ভাগ্যচন্দ্র লাবৈ লাথুপ অঙোম গোপিনা ইবিবস্না লাইবিক্তা যুম্ফম ওইবগা ইজবনি।

## লাইনিংথৌ মযাংঙস্বগী মংশাবলি (বংশবলি):

থোংজাওনা লম্মাংদোং থোংজাওদগী মফম অসিদা খুন্দাবকখিবা ইতিহাস অসি চীন্থাঙ ৱাবিগী মতুংইন্নদি ৱাইখোংনা থুম শুংলম্বগা মবী লৈনহল্লী। লম্মাংদোংদগী লাইগী ছাযা পুবকপদা হৈকক, থাংতুপ, খোই কৎখিবগী প্রমান চানহল্লি। অদুগা লৈখিদ্রবা খবাইবম দেবসিংহ মহাক্না থস্নীবস্না লাইনিংথৌ মযাংঙস্বগী মংশাবলিনা অশুম্না পীবি -

"হুঁইবুথৌ মযাংঙস্বগী মংশাবলি হাযবক্কে। চীঙনুং হুৎতঙাদগী ইপন ইবুংঙো শোবাবেন্না মাইকৈ ঙাকপা লাই পুম্নমক লাই খুন তিনহল্লে। অৱাং মাযকৈদি কৌব্রু নঙনা ঙাকও। শম্থোঙ অসিদি থাংজীং নঙনা ঙাকও। খা মাযকৈ অসিদি ৱাংব্রেন নঙনা ঙাকও। চীংখৈ অসিদি মাবজীং নঙনা ঙাকও। নোংচুপ মাযকৈ অসিদি কনানা ঙাক্কনি। তীনমু কল্লে, লাইমু কল্লে। অসি হাযনা খন্নবিঙৈদা শোবাবেন্না মশানৌ যীবোং লৈইমা শাফবীবু চীংনা যেংলগা হাযবক্লে। যীশানৌ যীবেমমা যীবোং লৈমা শাফবীও। নঙগী নথানুংদা নপাবী অমা পুবিবদু শাওচকবো। নোংচুপ হাবম ঙাকহল্লুও অসি ৱাবু তাববদা যীখোং

লৈমা শাফবীনা হে যীশাবী যীবুংঙো ননাই ঐদি নোংচুপ অসিনি খঙজদে, নোংপোক খঙজদে। খা খঙজদে। অৱাংসু খঙজদে হাযনা পাউখুমলে। শোবাবেন্না অমুক হননা হাযবকত্র হে যীশানৌও' নোংচুপ মাযকৈদি নঙগী নথানুংগী নপাবী অদুনা তাকচবক্কনিএ। তুবেল তুবিল ইননা কাখোও। হৈপা নৌশি তামফবা হৈবোং নৌদি খাযফবা নৌবেল খুত্তা পাযখো। ৱাকযৈ খোঙওইনখো, তোংজেং পাল্লোইনখোও। শোবাবেলগী কোলোয মযাথংবু কোবৌ নোংদা কাফদে, মালেম লৈদসু তাহৈতে। তাংজ লুবেল থক্তা থোং চাবৈ ফিগাও শানা যাজখিএ। তুবেল তুশাং ইন্না কাবক্লে। ইযুম আবোং লম্মাহল যৌবক্লে। যোইমযাই মালেম অঙানবসু মযুম খোংনাং পাংখবে। অঙানবগী খোঙৱাই মতাং থেংলক্লে। অসি খন্দুনা হাইনা মযুম আবোং লম্মাহলদা ৱাকযৈ হি থাংলে। অহিং ইনুং শোযববু যাইবেক্লে। মোংবা নোংযাই চল্লে। ইনুংবা শোবা তৈনা ভাল্লক্লে। অমুক ৱাকযৈ খোঙওইনৈ কেগে খোবতাক মতুং ইন্না কাবক্লে। থাঙ্গ চীংলক খাযবক্লে। লোক্তাক পাৎযাই খাযনা হোল্লক্লে। হৈকক শৌজিন লোন থাংজিং কেপাক থোক ঙমুনা তোকতৌ থেল্লক্লে। যাংগোই খোংজিন যৌবক্লে। মাবম লম্লেন মদাইমা লিকলাই কাবোং যৌবক্লে। লীক্লাং পবেং অমা পাল্লম্লে। কনাগী লীক্লাং পবেংনো ফজৈদা হাযনা যীবোংলৈমা শাফবীনা শোল্লকএ। মথানুংদা লৈবিবা লাইযীংথৌ ইবুংঙোনা হাযবকএ। পলেম যীবেম্মা ৱাকযৈ হি থাখো। লীকলাং অসি ঐগীনে লাংজেমও ৱা অসি তাবদা যীবোং লৈমনা হাযবকএ। পাবী ইবুংঙো পাম্বা কৈবেল অমা লৈবিবা অসি ইমা কিএ। পলেম ইবেম্মা কিগনো ঐগী লীক্লাং শঙবনে। অদুগা ঐনা তাইবঙ ফাওবকবগা মাযোক্লগদবা কৈনে। মপাবিগী কোলোয যাৱা তাবদা লীক্লাং লাংজেমলে। অৱাং লাইশোয পাংনা কাবক্লে। খোইচু মপানবু ভাঙনা শাৎলম্লে। পলেম ইবেম্মা খোইচু মপুন অমবু পুজেমও। হযেং পোইবৈ চাদোননা ৱাংঙম শুতোননা চাবোক নাও শংলগনিএ। খোইচু লাংজেম্লে। খোইচু শাৎলমএ অদু নোংগীবু মফম অদুবু খোইচুমান কৌবে। খবা চৎলগা তৌবাং পাম্বী হৌবম্লে। পলেম ইবেম্মা তৌবাং মপুন অমা লাংজেমও। হযেং ঐনা তাইবঙ ফাওবগা শনা লীফক হাযবগনিএ। তৌবাং মপুন অমা

লাংজেমলে। তৌবাং হৌবমএ হাযবগী তৌবুন কৌবে। অৱাং লাইশোয যৌবক্লে। পলেম ইবেম্মা ৱাকযৈ হি থাবো। শমু খোঙনা চৎলো মাবম লমলেন মদাইমা খুবাযলাক পন যৌবক্লে। পলেম ইবেম্মা লেপও। তাইবঙপান ফাওবগে হাযবক্লে। লাইনিংথৌ তাইবঙপান ফাওবে।

খোযবী খাওননা নাওফম লুদা থোংলকলে। পলেম ইবেম্মও ঐগী যুপান থানবা ফৌদাং থিকখিগে অসি হাযনা চৎলক্লে। লোইবী কন তুকপা। হেম্বা কললেমবা। খালৈ মবৌচা যৌবকলে ফকলেন ফিগা পৈনা লোইমোম ফৌবি যৈবল্লে লোইবী কনতুকপা হেমবা কললেমবদা লাইযিং থৌনা হে ইপা নঙগী ফৌ অসি উতোং শংবাই অমদি ঐঙোন্দা পীবিযো। অসি হাযনা নিখিযে। ইবুংঙোনংদি চীঙডু লাইবা নমু তাইবং মীবা হাযনা হংখিএ। ঐদি খোযুম লাইনি খুমএ। ফৌ উতোং শংবাই অমা কৎলে। লাইযীংথৌনা পলেম মমাগী নাক্তা পুবকলে। অদুগা থনমলে। অমবক পলেম ইবেম্মা লেমলৈ ঙা থিকখিগে হাযবকলে। পলেম মমানা পাবী ইবুংঙো চৎকনো ওকচীন শৌজিননা যেংশীএ। থামবদা যাদ্রদুনা অৱাং পাংনা চৎখিদুনা অৱাং লাইশোয তানা চৎখবে। লোইনাই থৱানথাবনা শোযবোয হঞ্জবা ওইবমএ। লাইযীংথৌনা ইপুও লেমলৈ ঙা খবা পীবিও হাযযে। অসি তাবদা লোইনাই থৱান থাবনা অথিবা ৱাহৈনা মাঙওইনবকখিএ, ঐখোযগী শোযদা যাইথীবা লাক্লে। অসি ৱাবু তাবদা লাইনিংথৌনা লেমলৈ ঙা ফাগে হাযদুনা শোযমাঙদা লুপলে। মদুদা লোইনাই থৱান থাবনা লোঙলেন মখুৎশুনা চৈবী তেমথেংলে। খোংনা লাউনা চেল্লক্লে অদুনোংগীবু ঙাইখোং কৌবে। চেল্লক্তুনা মমা ইবেম্মাগী নাক্তা যৌবকলবদা শিবে। মমা ইবেম্মা ইবোংলৈমা শাফবীনা তেংথা নাওইনদুনা কপলক্লে। চীঙডু লাই খুদিংনা ইবোং লৈমা শাফবীগী তেংথা খোলবু তাবদুনা কোবৌ খোংগুমলকলে। লেমনা মাঙবা যাবা নক্তে হাযদুনা হিংগৎহললে। হিংগৎলবগা লাই মযাম্না পুম্না শানা নমথিনা লৈবল্লে হংগোইদা হাযবগী হং মবক্কী হংগোই নিংথৌ কাম্বা শল্লাউবা শল্লম অঙানবা হাযনা কৌবল্লে। কোবৌ নুমিৎ শীংবুম খবা লৈবগা পলেম মমা ইবেম্মদি কোবৌনোংদা কাখিযে। কোবৌ নুমিৎ খবা লৈবগা লাইযিংথৌনা খবাইবম খম্বা থোংজাও নং বুলোক

থোংজাও লাইরুকহনবা খবাইবম খম্বগী মবানযাইদা চংলে। খললোং কৌনা লৈখ বে। অদুগী তুংদা খবা লৈবগা কৌব্রু কৌনুগী মমোমলোয বৈশোক কৌবী লাইবেম্মবু লুমলেন নাক্তা থাবে।

লাইনীংথৌ গবিবনিব্রাজ শানা মহাকথক্তা মযাংগী লান লাকলে। মযাংগী লান্না মাযকৈ খুদিংদা তকশিল্লকপনা খাওবা ঙমশিল্লক্তবে। নিংথৌ সনা ব্রাখল নুংবংনববদা কোবৌ নোংলেন অমদি লাইনিংথৌগী খোমলেন মঙলানচানদা লাইযিংথৌনা কোলোই মযাথংবু তাকপিবমলে। হাইবমএ হে নিংথৌও নঙদি ঐবু খঙলিবোই। ঐদি থোংজাও নবাবুলোক থোংজাও খবাইবম লাইরুকহনবগী মোংবা মবালযাইদা নহাননোং হযিভৈদগী হৌনা ইমিংবু খললোং কৌনা খবাইবম শাগৈগী চীংঙু অপোকপা লাইগুম লৈঙমলকলিযে। নিংথৌও নঙনা লাকলিবা মযাংগী লান অসিবু লাকঙমদ্রবগী নুংবঙবা অদুবু চীংঙু ঐনা উবে। খোযুম নোংদমবীবমগে হে নিংথৌও। মাবম লমলেন মদাইমা লমলেন লাংবা ঙমবা শোইদা থোংজাও নাবাবুলোক থোংজাও লাইরুকহনবা খবাইবম খমবাগীকাওবেল শল উবীৎপা অমা লৈবনে। কাওবেল অদুদি মথক্তা শেমবাং পাইবা যাদনা লাকঙম ফাঙমদ্রবনে। কাওবেল অদুবু ফাবগা নিংথৌ নঙনা নযু ঐভোন্দা কৎলো। অদু তৌববদি মযাংগী লান অসিদি খুবাক অহুমলক খুবদা লোইহনগে।

হে নিংথৌও ব্রাবম অমসু হাযমগে। মাবম লমলেন মদাইমা খুবাইলাকপনদা পামেল উযুং পাম্বী অমগী মখোঙদা যোইমাযাই তাওদনবা নুমিৎ শানা খোমদোনগী মঙাননা মঙাং গুরু চকব্রাইবকপদা পামেল উগী মমি তাবা মফম অদুবু মালেম থিনগায হৌদুনা যোৎপাক তেংলৈ কাংনা লৈবোননুংদা যেংও খোযুম ঐগী খুৎশু খুৎলাই থাং-তা নোংমৈ চুগোই অসি খিবিকপু লৈঙমগনিএ অসি হাযনা কোলোই মযাথংবু থৌজাল লনকুবিবমএ। খোযুম কোলোই মযাথংবু ফংজববদা লাইনিংথৌনা ইনুংশোবা তৈনা ঙাল্লব্রুগা নিংথৌ মাগী তযুম মনাইশিংগা লোযননা মাবমলমলেন মদাইমা খুবাইলাকপনদা চৎখিদুনা পামেন উযুং হৌবা মফম থিবব্রে। লৈবিবা মফম

অদুবু থিবা খঙজবে। পামেন উগী মমি তাবা অদুবু মালেম থিনগাইহৌনা যোৎপাক তেংলৈ কাওনা য়েংববু খোমলেন মঙলানচানদা হাইবম্না খুৎশু-খুলাই খিবিকপু শুনা লৈঙম্লে। লৈঙমলিবা খিবিক অদুবু পুবক্লগা খবাইবম খমবাগী মোংবা মবাল যাইদা সনা খোঙলেঙদুনা থিবকলে। থিবকলিবা অদুবু খঙঙমলে। নিংথৌগী খোমলেন মঙলান চানদা হাইবম্না চীংঙু খোয়ুম কোলোয মযাথংবু হনু মাললৈ তাববা কপলাক গুরু শুংলবা খবাইবম খম্না থোংজাও নবাবুলোক থোংজাও লাইক্ক হনবা খবাইবমখম্নগী মফমদা সনা কোলোয ময়াথংবু পাওদমলে। পুবকপা খুওশু-খুওলাই খিবিকপু চীংঙু খুযাখাদা নিংথৌনা সনা খুৎনা কৎলে। অদু লোইববগা নিংথৌ সনা ময়াথংবু থোংজাও নবাবুলোক থোংজাও লাইক্কহনবগী মফমদা য়েৎ ওই নাইনা হংগৎলকলে। হে ইপুও মবম মললেন মদাইমা লমলেন লাংবা ঙমবা শোয়দা কাউবেল ষন উবিৎপা অমবু লৈঙমববা হাযনা পাউহংলে। লাইক্কহনবা খবাইবম খম্বনা হে লাইনিংথৌও হনু মালমৈ তাববা কপলাক কুক শুংলবা নপু ঐনা কাওবেল মাবু কোনথোক কোনশিন ঙমদ্রবগী লাংবা ঙম্না শোইদা কাওবেল মাবু থাদোকখিযে।

অসি হাযনা পাউদমলে। লাইনিংথৌ গবিবনিব্রাজনা অমুক হাযবে। হে ইপুও নশু ঐগী খোমলেন অমা মংলানচান্দা চীংঙু ইবুংঙো অসিনা কোলোয মযাথংবু তাকপিবমএ। ইুপগী কাওবেল অসিগী কাওজমল পীবমগে তবেৎ শেল কযাবু লৌগদবনো হাযনা পাউহংলবগা থোংজাও নাবাবুলোক থোংজাওখবাইবম লাইক্কহনবনা হে লাইনিংথৌও ঐগী কাওবেল অদুগী কাউজমল লৌজবোইযে। চীংঙু মখোঙ খুযাখাদা কাওবেল মাবু ফাবগা কৎপিযো। অদুগা কাওবেল অদুবু পুবক্লগা চীংঙু খুযাখাদা শাবেন তুবে। কাওবেল শাদু শাবেন তুবদা শীজিন্নবা থাঙ অদু চামখিবা মফম অদুবু থাংজামলোক কৌবে। মফম অসিগী লাইজ ঈশিংবু পোইবৈ চাদোন ব্রাংঙম শুদোন্না ফাওবা খবাইবম শাগৈদি লাইজ ইপান লাংহৈতৈ। লাইনিংথৌ গবিবনিব্রাজনা মাবম লমলেন মদাইমা লম্লেন খুবাইলাকপন্দা লানবন তেংগোন শাবগা ষন উবিৎপা অমসুং চীংঙু অসিগী খুৎশু-খুৎলাই কৎখিবনে।

অসিপুম্বা লোইববগা মযাংগী লান শোক্লবে। চীংঙু লাইগী ময়াথং শোযফদবনা ব্রাংলেন পুঙখায অমদা মযাং পুম্নমক কাইদুনা চেনখ্রে। লান অসি লোইববগা লাইনিংথৌ অসিবু লাইক্তকহনবা খম্বনা যেংলুবদা লৈবমদ্রে মযাংগী ল্দনদা লাইনিংথৌ অসিবু যাওখ্রববা হাযনা নোংচুপ মাযকৈ পাংনা মযাংগী মতুং ইন্না চৎখিবদা লাইমতোন চীঙদা থাঙতুপ মখোঙদা চীংঙু অসিবু লৈবম্বসু উকবো লাইযিংথৌবু অমুক পুবক্লে। খোম্লেন মঙলানচান্দা চীংঙু কোলোয মযাথংবু কালেন থা পানখৎলকপদা নুমিৎ শীংবুম অফবা থব্রানমীচাক অচঙবদা থাংতুপকা খোইগা কৎলো হাযনা অকপিবম্বদগী অনীমক কৎলে। মযাংগী লানবু মক ফংনা মাঙহনখ্রে। লাইনিংথৌ গবিবনিব্রাজনা সনা খোঙলেঙক্তুনা চীংঙু অসিবু থুকম্নলে। চীংঙু নংগী খোযুম নহাকথক্তা মযাংগী লান ঙমএ হাযবগী চীংঙু নঙবু খোযুম নিংথৌ মযাংঙম্বা লাই মযাংঙম্বা হাযনা কোলোয মিংলেল্লগে হাযবম্লে। লাইনিংথৌ গবিবনিব্রাজগী যেৎ থংবা সনা নাইন্না লাইযিংথৌগী কোললু ওইহল্লে। ওই থংবা সনা নাইন্না লাইবেম্মগী কোললু ওইহল্লে। মতৌ অসুম তৌনা খোযুম লাইনিংথৌ অসিগী চীংঙু শেনফম যাখি্ং। বিষুওপুব লম্মাংদো অসি লৈকাই চাতবেৎ পাল্লমএ। শগোল তোংবা হুম্ফু পাল্লমএ খুৎকল পাঙ্গলবগীদমক নিংথৌ মনাই লাকপসু থৌওইখিদ্রে। ঐখোযনে মতীক চাউথোইনা পাল্লমখিএ। লাইনিংথৌ গবিবনিব্রাজ সনা মহাকথক্তা খুলনে চাউমল্লে লৈকাইনে যাম্মল্লে লৈবাক্লে পীকমল্লে। অসি হাযনা ঔগ্রি হংচে শক্তুনা থেঙ্গৌবোল শাদুনা খুনকায লৈকাযহল্লে। চাউনা শন্না পাল্লম্বা খবাইবম শাগৈসু মচৈ্ই মচোই তানা চাইখাযখিএ। মবম লমলেন মদাইমা লমলেন খুবাযতেন্দোংযান্দা খবা লৈব্রামদা খবা খা থোংজাওদা খযা অসুম্না চাইখাযখিএ লম্মাংদোংদা খবা লৈহৌবে। খুনগাই লৈকাযঙৈদা থোংজাও নাববুলোক থোঙজাও লাইক্তকহনবা খবাইবম খম্বনা শাগৈ মাগী মপাচা খবাইবম চোবোন্দা লাইযিংথৌবু শিন্নবে। লম্মাংদোংদসু লৈচা খাযনা থনম্লে।অদুনা লম্মাংদোংগী খুবম ওইহৌবে। লাইযিংথৌগী কোললুদি খুলকায লৈকাযঙৈদা খবাইবম চোবোন্নচিংবা খবাইবম যুম্নাক অহুমগা শমজেৎশাবম ভুবোনসিংহচিংবা শমজেৎশাবমগী যুম্নাক মবিগা লোযননা খা থোংজাওদা

চেনমিন্নবক্লে। চোবোন্না মথানুংদা লাইযিংথৌবু কোল্লগা ভুবোন সিংনা লাইযিংথৌগী থৌগন তুংইনবা ওইনা লাক্লে খা থোংজাও যৌববগা চীংঙু যীবুংঙোগী খুবম মবা চেংনা যাজখবে।”

অবিবা মৈতৈ মযেক “লাইযিংথৌ মযাংঙম্বগী মংশাবলি” দগী বেঙ্গলী মযেক্তা শিন্দোকচবা - খবাইবম দেবেন্দ্র মঙাং থোংজাও।

## থোংজাওগী উমংলাই হবাউবদা কুমাবগী ব্রাবোল :

মনিপুবদা লৈবিবা উমংলাইশিং অসিগী লাই-হবাওবগী তোঙান তোঙানবা হবাওবোলশিং লৈনৈ। মখোযশিং অদুগী মনুংদা (১) কংলৈ হবাওবা, (২) মোইবাং থাংজিং হবাওবা, (৩) চকপা ফযেং হবাওবা, (৪) ককচিং হবাওবা, (৫) অন্দ্রো হবাওবা, শুগ্নুগী ব্রাংব্রেন হবাওবা অসিনচিংবনি। অসিগুম্বা হবাওবোল মান্নদবশিং অসিগী মনুংদসু - থোংজাওগী মযাংঙম্বা হবাওবা অসিসু মযামগা মান্নদবা মওং খবদি যাওই। লাইচল-লাইবোই নুমিত্তা তাংখুল-নুবাবী থোকপগী থৌবম অসি যাওদে। থোইদোক্লা মানদবা যৌবমশিংগী মনুংদা লাইগী থৌবম অমবু হেক তৌবদা ঋাইদগী ইহান হান্না “লমখন-চাকখাংবা”– হাযবা থৌবম অমা তৌগনি। হাযবিবা থৌবম অসি লাই হবাওবা নত্তবা চহীগী ওইনা অনৌবা চহীগা অবিবা চহীগা তাইনবা ব্রাকচিং থাগী পানখৎলকপদা কুমগী চাকলোন কৎপা, কালেন্থাদা লাই হবাওববসু-হবাওদ্রবশু শিন্না-শিন্ননা থাংতুপ নত্রগা হৈকক কৎপা অমসুং মেবা থাদা খোই কৎপগী থৌবমশিং অসি পাঙথোকপদা লমখন চাক-খাংবগী থৌবম অসিনা হান্না পাঙথোক্কনি। কবিগুম্বা লাই হবাওবা তাববদি নুমিৎ খুদিঙগী ওইনা অযুক্কী মতমদা মাইবা অদুনা লাইবুঙগী কৌব্রু থংবা চিথেক্তা থৌবম অসি পাঙথোকই। মসি হেক পাঙথোক্রিবমখৈ লাইগী হৈথা-লৈথা অমক্তা তৌবা যাদে।

লৈহন - লৈহনগী মওং অসি লাই হৌবা নুমিত্তা হুনখিবা- লৈতোন মশীঙ অদু মথঙ নোংঙানবদগী হাযবদি নিনি চনবা নুমিত্তদি ডবল হেনগৎনা হুল্লি। খুদমদি - লৈ মতোন ৯ হুনবা অদুনা ৯×২=১৮, ৭ না ৭×২=১৪। ৩নি চনবা নুমিত্তা ৯×৩=২৭, ৭×৪=২৮ অসুম্না তৌই।

মাইবীগী-লাইচিং জগোই - লাই হবাওবগী নোংমগী অযুক্কী তৌফম থোকপা, কৎফম থোকপা লোইবগা নুংথিলগী থৌবমদা মাইবনা হোই লাউবগা লাই হবাওবা হৌববা মতুংদা মাইবীশিংনা লাইচিং জগোই শাবা মতমদা লাইবৌ লাদা হুল্লিবা লৈহন (লাংথ্রৈ) অদুদগী মমা-গুরু নত্রগা মথক থোংবী মাইবীদগী নিজবগা খুবক্তা যেপ্লগা লাইচিং জগোই শানৈ। পুঙলোনগী তাম্বাদা মথং মথং শাবকপদা লাই চিংলকপা মতমদদি মাইবীগী খোযদৌ মখাদা লাই চিংগনি, লোংনা চিংবা যাদে অমসুং খোইদৌগী মথক কাবা যাদে। উপ্না চিংগনি। অহন-লমন অমদি অখঙ-অহৈশিংনা তাকপিবদা জগোই খুৎথেকসি ঈনুংলোন, খুনুংলোন হাযনা লৈবিবা অসিগী মনুংদা মসি খুনুংলোনগী ওইবা মওংনি হায।

লাইচল-লাইবোই - মথক্তসু হাযজখ্রে, মনিপুরগী লাইফমশিংদা হাযবদি হবাওবগী তোঙান-তোঙানবা হবাওবোলশিংগা মরুওইনা কংলৈ হবাওবগা অযাম্বা শরুক মান্নববসু লাইবোই নুমিত্তদি কংলৈ থোক্তুনা ল'ই-নুপী থিবা অমদি তাংখুল-নুবাবীগী থৌবম যাওদে । নুমিৎ অসিদা লাইবেল মথেক (যুমজাউ পাফল নত্তবা শলাই ৭কী পাফল) লোইবগা ব্রাকোন থাপ্রগা চৎপা ঔগ্রী ঈশৈ শকপা মতমদসু অতৈ লাইবুঙশিংদা থৌবী লীশাং ১ যাওনা তৌই অদুবু থোংজাওগীদি যাওদে। অসুম্না মাইবা, মাইবী ১সুং পেনা খোংবনা মাগী মাগী মথৌ পাঙথোক্লগ্রবা মতুংদা অবোইবা ওইনা মাইবা অদু ফিমুনা খাওল ফিশেৎ শেত্তুনা, ফিমুগী কোকয়েৎ য়েৎলগা থাঙশাং-চুঙ্গোয পাযবগা থেঙ্গৌবোল শাদুনা লাই-হবাওবগী থৌবম লোইশিল্লি। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা ব্রাফম অমত্তংদি নুমিৎ খুদিঙগী লাই হবাওবগী থৌবম লোইশিল্লকপদা লাংবুন- ঈশৈ হাযদুনা শকপা "সো বেমসো লুখেং খেং, লু

কশোৱা, হোইয়া ৱাখেং খেং চেজু খেম্নবা হে, চেজু মবা কাইববা হে, খেমচোং ঙা-বে"। হায়বা অসিনা হৌবগা পদ কুনতবেৎ শুনা শকপা ঈশৈ অসি থোংজাও লাইগী ঈশৈ নত্তে। মসিদি লৈম্রাম খুঙ্গংগী চনুবাশিংনা যেলহৌঙেদগী শক্লবকপা লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনিগী থৌগল ঈশৈনি। মসি হান্না থোংজাওগী হবাওবম্বদা শক্লবমদে, শকফমসু থোক্তে হাযনা খঞ্জে মবমদি লৈম্রামগী লাই লোযা-লাকপা হবাওবদা তৌবিবা থৌওংগা, থোংজাওগী লাই ময়াংঙম্বগী হবাওবদা তৌবিবা মওংগা অমত্তা মান্নদে।

**থেঙ্গৌবোলগী মওং :** থোংজাও উমং লাই হবাওবা লেশিল্লকপদা শাবিবা ১দি চোংলিবা থেঙ্গৌবোল অসিগী নুংগী ওইবা ৱাহম্বোক্তি অহানবদা শাগদৌবিবা নুমিৎ অদুবু পুবিবা লাই অদুনা লৈবা মাযগৈ ওল্লগা থাঙ-চুঙ্গোয পাযনা খুকম্বা হৌবগা মথঙ-মথঙ মাযগৈ মবিদা ঙাক্লিবা লাইশিংবু খুকমজবগা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীবু খুকমজবগা, খুঙ্গং অসিদা লৈবম্বা ফত্ত-হৌদি, তিন্মু-লাইমুশিংবু খুন্দোল-লান্না অতান-থেঙ্গৌনা তাম্বোক্লগা লৈফল-থেঙ্গৌ চোংদুনা থিংদুনা থনম্বনি, মথংদা খুঙ্গংগী অফ-নুংঙাই ওইগদবা কযাবু খোমজিনুনা অখোম থেঙ্গৌ শাদুনা লাকপনি। হাযবিবা থৌওং অসি মাযগৈ মবিমক্তা তৌববা মতুংদা অবোইবদা নোংগা থেঙ্গৌ শাদুনা লোযশিনবনি। থোংজাও হবাওবদা তোপ-তোপ্পা মযামগা মান্নদবা মওং খবদি - লাই লম থোকপা - থৌবম অসি অতৈ লাইশিংগীদি লম থোকফমদা নোংমগী শান্নফম থোকপা শান্নব্নগা অদুম নুমিত্তুমগী থৌবম লোইশিল্লি, অদুবু থোংজাওগীদি যাদে লমথোকফমদা শান্নব্নগা লাইবুঙদা হল্লক্লগা অমুক মপুঙ ফানা নুতিগী মতৌগুম্না হবাওবগী কুম্মৈ অদুম্মক তৌই। লাইবিক অসিমক্লা হবাওবোল ওইনা ইবা নত্তবনা শম্লপ্না মবম খবখক্তা পঞ্জবনি।

# লাইবিক লাইশুগী লমদা থোঙজাও

ইংশোক ১৯৬০গী মমাঙদা থোংজাও লাইবিক হৈবগী থাক নেল্লম্মী। মেত্রিক পাস তৌবা অমফাওবা লৈবমদে। প্রাইমারী থাক্কী স্কুল ফাওবা লৈবমদে। থংনবা ৱাইখোং অমদি এলাংখানপোকপীদা প্রাইমারী থাক্কী অঙাংশিং লাইবিক তমহল্লম্মী। ১৯৫৯দা থোংজাওদা এল পি স্কুল লিংখৎলে। ইংশোক ১৯৬১ দা সরকারগী মতেং ফংখি (এডেড ওইখি)। ইংশোক ১৯৬৫ দা সরকারনা লৌশিনখি। (Full Conversion) হৌদোকমিন্নবকখিবা ওজাশিংদি ১) শ্রীশমজেৎশাবম তোলচৌ (অইবা), ২) শ্রীযুন্নাম ইবোতোম্বী লাংমৈদোং, ৩) শ্রীযুন্নাম কুলচন্দ্র লাংমৈদোং, ৪) শ্রীশমজেৎশাবম বীরচন্দ্র থোংজাও। অহানবা স্কুল লিংখৎপদগী এডেড কী পেবিওৎ ফাওবা শ্রীমুতুম তোম্লপিশক হিযাংথাং সু ওজা ওইবম্মী। মতমদু লৱাব প্রাইমমারী স্কুলগী ওজা ওইবসি কযা কন্না পাম্নবমদে, অঙাংগা সঙ্গ তৌবা কোর্টনা মৱা লৌদে হাযনবম্মী। ওজা ওইনবা হোৎনবদা থোইনা অৱাবা ওইবমদে। টি সি মেম্বরনা ওজা হাপ্পা ঙন্নম্মী। এল পি ওজা অমা ওইবদা মতিক চাবা চাদবা ক্লাস আইটকী সার্টিফিকেট পাযবগা লোইবে। টি সি মেম্বরনা ওজা হাপ্পবা ইন্টর্ভিযু লৌবদা ৯গী সুপ্লাক থীহল্লী, মী মমিং ইহল্লি হাযবনচিংবা ওজাশিং মশেন ৱাবী তৌনৈ। ঐ ইশামক্তী স্কুল কমিটিনা হাপ্পা অমদি হৌদোকমিন্নবকপা ওজা ওইবনা ৯গী সুপ্লাক থীবক্তে, মী মমিংসু ইবক্ত্রে। অদুমকপু ঐখোয ওজা মবি স্কুল কমিটিনা হাযবগী মতুং ইন্না যাত্রা ৱালী লিলা অমা কৌবগা মীযাম যেংহনখি।

## মনিপুরদা সেদ্যুলকাষ্টগী ঈহৌদা থোংজাও :

ভারতনা নীং-খা তম্বা ফংলবা মতুং ইংশোক ১৯৫২-৫৩ অদুৱাইদা হান্না নিংথৌ পাল্লিবঙৈ মতমদা হন্থবা মিৎযেং মখাদা থম্বিবল্লবা শোথববা জাতি কাংলুপ মখৈ থোং মান্ননা চাওখৎমিন্ননবা ভারত সরকারগী থৌশিল

মখাদা অনৌবা য়াওল অমা লাকখি। শোথনা থম্বিবন্নবা মীওইশিংবু সেদ্যুলট্রাইফ অমসুং সেদ্যুলকাষ্ট হায়না কাংলুপ অনী থোক্লা খাযদোক্লে। কাংলুপ অনী অসিবু হান্না চাওখতুনা লৈশ্রবশিংগা থোং মান্ননা চাওখৎহনবা যানবা ঈহৌ মনিপুবদসু যৌশিল্লকখি। মতমদুগী মনিপুবগী লুচিংবশিংদি বামোন ললিতা মাধব অমসুং কৃষ্ণমুহোন মখোযনা মনিপুবদা সেদ্যুলকাষ্টগী মনুংচনবা যাবা কবম কবম্বা খুল লৈবিবগে থিগৎলকপদা থোংজাওসু যাগনি খল্লম্মী। মখোয মশামক লাক্লগা থোংজাও নখোযনা পান্নবদি সেদ্যুলকাষ্ট ওইবা যাবগনি অদুনা নখোয মশেন পাম্মী পামদে খন্নবগা যাম্না থুনা ঐগী নাক্তা লাক্লগা হাযববো হাযবল্লগা হনখি।

মতমদুগী থোংজাওগী ফিবমদি কমদৌবি, গৌব ধর্ম্মদা আ লম যৌনা চঙশিনখ্রে। হবি ভক্তিদা সন্ন্যাস ধর্ম্ম চত্তুনা মযুম মকৈ, নুপী অঙাং পুম্নমক থাদোক্লম্লগা শ্রীধাম বাধা কুন্তদা চত্তুনা লাই নীংশ্রবনি। খুনগী লুচিংবা অযাম্বসু পাঙ্গোৎ মিংথোন ফংনববনি। শা উচেক চাবদি লাযবদনা যুমদা যোকপা ফাওবা থাদোক্লববা মতম্মী। অসিগুম্বা তাঙ্কক অসিদা সেদ্যুলকাষ্ট ওনবা হাযবসি যাম্না হঙ্গোযনা থোক্লম্মী। খুনগী মকওইবা লুচিংবশিং কুপ্না ৱা তানবে, মদুদা যাওখিবা অহনশিংদি মথক্তা পঞ্চখিবা লীডবশিংগী যাওনা– ১) শমজেৎশাবম চাউবা, ২) শমজেৎশাবম থম্বালঞ্জাও, ৩) শমজেৎশাবম অচৌ, ৪) চিবোম চন্দ্রবী, ৫) শমজেৎশাবম পন্তাল, ৬) শমজেৎশাবম অঙাংযাইমা ৭) লৈমপোকপম তিলো। হাযবিবা খন্নববা তুংদা লৌখিবা ৱাবেপ্তী - যাম্না থুনা ইম্ফাল কাবগা সেদ্যুলকাষ্ট পামদে ককথৎপীযু হাযজবনি অসুম্না তুংগী পোবম উবা ৱাৎপা সেদ্যুলকাষ্টগী ৱাহন্থোক নৈনবা ৱাৎহৌবদগী কান্নববা খুনগী ওইবা পোৎশক অমা ইবায় লাযনা নান্থোকহনখি।

## সেদ্যুলকাষ্ট ওইনীংলকপগী ৱাখল মথি ফোংলকপা।

ইংশোক ১৯৫২/৫৩ ভাবত পুম্বগী ওইনা সেদ্যুল কাষ্টগী ঈহৌ কল্লিঙৈ মতমদা মশানা ওইফম থোকপা থোংজাওনা এস সি গী নুংগী

ওইবা ব্রাহম্থোক নৈনবা ব্রাৎহৌবদগী কাষ্টগী ওইবা পামদে হাযদুনা খুলগী লুজিংবশিংনা হাযদোকখি। সেদ্যুল কাষ্টগী ব্রাহন্দোক্তী জাতি অমা চাওখৎনবা হোৎনবদা থোং মান্ননা চাওখত্তবা যাদে। হান্না বৃটিশ অমদি নিংথৌগী লৈঙাক সাসনগী মখাদা মীওই কাংলুপ কযাবু নমথদুনা থম্নম্মী। ভাবতনা নীং-খা তম্লবা মতুং অমুক হন্না মশা মশাবু লৈঙাক সাসন তৌববদা (গনতন্ত্র চৎলবদা) হান্না শোথনা লৈবম্লবা কাংলুপকী মীওইশিংদু কোব খাজিল্লগা মখোযদা খুদোংচাবা হেন্না পীশিনবনি। শম্না হাযববদা শাবেপ ফাবা পাম্বী মবক্তা অপিকপা পাম্বী শা-ষননা শোক্তনবা কোব খাজিল্লগা মতিক চাবা পাম্বীগী চীঞ্জাক পীশিনবনি। পাম্বী মচাদুনা শাবেপ মান্নববা মতমদা কোব অদু লৌথোকখিগনি। মতম চুপ্পগীওইনা লৈগদবা নত্তে। অসুম্না মতম চানা ওইহৌদবনা কাষ্টগী চাকথুং কযা নাম্থোকখ্রে। ইং-শোক ১৯৮০ দদি সেদ্যুল কাষ্ট ওইনিংবগী ব্রাখল মথি ফোংনবকখি। থোংজাওদা লাইবিক হৈবা নহাবোল মবাং কাযনা লৈবে। এস সি দা পীবিবা খুদোংচাবা কয়া অসিগী মবমদা কুপ্পা খন্ন-নৈনবে হান্নগী অহনশিংনসু থোইনা অযেৎ-অপন পীদ্রে। মতৌ অসুম্না নহাবোল অহল্লোন কযানা লুচিংদুনা মনিপুব সবকাবদা তক্লবদা যাবিদুনা থোংজাওবু সেদ্যুল কাষ্ট ওইনা শক খঙবিখি। হৌজিক্তী এস সি গী খুদোংচাবা খুদিংমক ফংবা ঙম্লে। কাষ্টগী বির্জাব সীতা অব্রাংবা থাক্কী ফম ফংদুনা সবকাবগী লোযশঙশিংদা থবক তৌনবি। ছাত্রশিংনা চহী খুদিংগী বেগব্রার্দ ক্লাসদা পীবা স্কোলার্সিপ ফংলি। হাউসিং গ্রান্ত ফংলি। ফি শাবগী, চফু শাবগী, ফি তুবগী খৎজু-খুৎলাই কয়াসু সবকাবগী মাযকৈদগী লেম্না মতেং ফংলি লৈ। ইংখোল কোইবগী, যুম শাবগীসু ফংলি।

# থোংজাওগী লাইওইখ্রবা শীংথাবা যাবা মীওইশিং

খবাইবম দেবসিং - মাইবগী লমদা পুক শুবা, লাই-তীন ইবাৎ-পুজা তৌবদা লব্রায ইম্ফাল অনীদুনা মীযামগী সেবা তৌবম্মী। উমং লাই হবাউবগী অকুপ্পা কাংলোন খঙবা মাইবা অমসুনি। থেঙ্গৌবোনগী কাংলোন শুনা খঙবা মীশক্লী হীবম অসিদা মনিপুবগী শক্লাইববা পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, থাঙ্গা মঙ্গোঞ্জাও, অমসুং পুযাম মুহোবী হায়বিবা মীওইশিং অসিনা থেঙ্গৌবোল তমখি।

শ্রীশমজেৎশাবম অচৌসিংহ - সংস্কৃত হৈবা মীশক্লী। শাস্ত্রী উপাধী লৌনবা কাশীদা পবীক্ষা থাবা চৎনবগী হোৎনবদা শেল-থুমগী ফিবম ফত্তবনা চৎপা ঙমখিদে। বেদ শাস্ত্রগী লমদা নীংথিনা খঙ-হৈববা মীশক অমা ওইখি। থোংজাওগী অহানবা লাইবিক হৈবা মীশক্লী। মতমদুগী চৎনবী লাইবিক হাযবা-থীবগী থবক তৌখিবম্মী।

## থোংজাওগী পাম্মুববা মীওই মবি মাঙখিবা :

থোংজাওগী পাম্মুববা মীওই মবি মনুং মতম চানা কেঙ্গব লায়না নাবকপদা কনবা ঙমদনা লৈখিদবে। মখোয মবিগী মবমদা খবদং -

১। শ্রীশমজেৎশাবম ইবোবী সিংহ মশা-মউ ফবা মপাঙ্গল কনবা মীনী। লাইবুংগী মুক্লা শীংনবগা শান্নবদা অহুন্নক মায পাক্তুনা খুঙ্গংগী ইজৎ পুবকখিবা নিপানী। মহাক মীনোক ব্রা ঙাংবা হৈবা ফাগি পুবা মীশক্লী। মশাগী চহী ৪০(নিফু) বোম শুবকপদা কেঙ্গব লাযনা নাদুনা লৈখিদে।

২। শমজেৎশাবম বাবুধোন সিংহ মশা-মউ ফবা মপাঙ্গল কনবা নিপানী। খুলগী মুক্লাবোয অমা ও,না পুথোকপদা মাগী শাবান মুত্তী লেমজনিঙাই মশক্লী মুক্লাদি তুবা অমদি থাবা যান্নখি। মহাক অচন্বা পান্বা মীশক্লী মানা য়ানীংদবা মফমদা শাউবক্লবদি অকিবগী মশক্লী চহি নিফু খবা হেন্নকপদা কেঙ্গব লায়নাদা লৈখিদে।

৩। শ্রীশমজেৎশাবম তোমাল সিংহ মীওই ব্রাং-চাউই পাঙ্গল কল্লী থোংজাও মুক্লা শান্নবোয অমা ওইনা পুথোকপদা লেম্মী। মশাগী চহী যাঙ্খে যৌদনা কেঙ্গব লাযনাদা লৈখিদে।

চিবোম জাগোব - থোংজাওগী মক ওইবা থৌদাং লৌবম্না মীশক্লী। মতম শাংনা পুংযৈবা অমা ওইনা মীযামগী সেবা তৌবম্মী। মুক্লা কাংজৈদসু চপ চানা থৌদাং লৌবম্মী। সোসিযেল ব্রার্কব অমা ওইনা খুলগী চাওখৎ থৌবাংগী থবক্তা মাংজিন থানা তৌবিবম্মী। মশাগী চহী হুম্ফু হেল্লকপদা কেঙ্গব লাযনা নাদুনা লৈখিদে।

## ব্রাংঙুদা কৈ চনবা অমসুং থোংজাওগী কার্ত্তিং (ইংকুমজা ১৯৪১-৫৫ মহাবাজ বোধচন্দ্রনা পাল্লিবঙে মতম্লী)

মতমদু মৈতৈ লৈবাক্কী মফম খবদা কৈনা মী লাকপা অমদি শা ষন লাকপগী থৌদোক ইতৎ তত্তনা থোক্লম্মী। কৈনা মীগী ইঙ্খোন্নুংগী শঙ্গোন্দা পুনবা ষন ফাওবা লাক্লম্মী। কৈনা মী হাৎলবদি কৈদু অমুক হাত্তবা যাদে। কৈ ফাবা অমসুং হাৎপসী নিংথৌগী মথৌনি। নিংথৌনা কৈ হাৎনবা থৌবাং পুন্নমক তৌগনি। মৈতৈ লৈবাক্কী শা কৈ কনবা লম মখে মাগী মাগী এবিযা খাযদোক্লগা কৈকুপ শেমগনি। কৈ ফানবা হোৎনবদা কৈকুপশিংদা মৈহুম মোবোক্কী পাউজেল পীগনি। খুদম ওইনা ব্রাবগাইদগী শুগু ফাওবা কৈকুপ অমনি। অকক্লবা নুমিৎ অমদা ব্রাংঙুদা কৈপন শাবা তাবে হায়দুনা নিংথৌগী যাথং মতুং ইন্না ব্রাবগাইদা মৈহুম মোবোক পীবক্কনি, ব্রাবগাইনা অমুক লমজাওদা লৈহুম মোবোক্তু চেল্লগা পীকগনি মথং মথং পীনবদা যাম্না থুনা কৈকুপকী খুন থুংনবা পীবা ঙম্মে।

**কৈবন শাবা :-** অকক্লবা মফম অমদা কৈ লৈবে খণ্ডলবা মফম অদু ইকোয কোযনা ব্রা কুংনা যুংলগা শম্বন খাগনি শম্বনগী ব্রাংমদা মতিক চাবা খুৎলাই পাযবশিংনা শেন্নদুনা লৈগনি। শম্বন মনুংগী কৈদুনা চেনগদবগী শম্বন

ফক্কাযনবা হোৎনবকপদা মঙোন্দা খুৎলাই থাগদৌবিবনি। শম্বনগী অকোযবদা শগাই মফম ২/৩ শাগনি মদুদা নোংমৈ পায়বশিংনা শেন্নদুনা লৈগনি।

ৱাংঙুগী নোংপোক চীংখৈ পাংনা লৈবা চীং অমসুং তম্পাক্কা তাইনবা শীঙুৎ শীক্লাংখীক্লোযনা ফোপতেক লোনবা মফম অমদা কৈবন শাখি। কৈরুপকী মীশিংনা কৈবনগী অকোযবদা মখুত্তা তা, নম্বু অতৈ মখল কযাগী খুৎলায পাযনদুনা লৈনখ্রে। বোধচন্দ্র মহারাজসু মখুত্তা নোংমৈ পাযবগা শগায মথক্তা লৈখ্রে নোংমৈ পাযবা অতৈসু অতোপ্পা শগাযদা লৈনখ্রে নিংথৌগী যাথং মতুং ইন্না মীযাম্না শা থোবক্লবা লাউ-খোংবদা কান্নবা ফংদ্রে শাদি নাবোত্তুনা লৈখ্রে। হন্না হন্না শা থৌবদা থোবকখিদ্রে। উপায লৈত্রে নিংথৌনা অনৌবা উপায অমা যেংলগে খল্লদুনা "লৈবাক মচাশা পুক্লিং চঙনা অমুক্তা তাবীযু ঙসি ঐখোযনা লাউ-খোংদুনা শা থৌবদা শা থোক্ত্রে নাবোত্তুনা লৈখ্রে, অদুনা ঐখোযনা হৌজিক ভৌগদবসি কৈবন মনুং চঙলগা শা থৌবা নত্তনা অতৈ উপায লৈত্রে। মবম অদুনা মীযাম মবক্তগী থৌনা লৈবা চোংথোকপিবক্লো" হাযদুনা হন্না হন্না লাউবক্লবদা কনাসু থোবকপা ঙম্নদ্রে। মমৈথংদা "শ্রীযুৎ ইবুঙো ননাই ঐ কৈবন মনুং চঙলগা কৈ ফাজগে শ্রীযুৎনা কপা পীনবীযু।" থৌনা লৈবা নিপা নহাক কনানো ? নশক নমিং তাকপিবো" নিংথৌনা হাযবক্লম্মী। থোংজাওগী শমজেৎশাবম কার্ত্তিৎ হাযবদু ননাই ঐহাক্লি কার্ত্তিৎনা খুম্লম্মী।

পনখোঙ থুংনা পৈবিবা মীযাম্না থৌনা লৈবা থোংজাও কার্ত্তিৎকী ৱাবিদা ঙুং ঙুং মিকুপ খবা নিলখি। কার্ত্তিৎ মখুত্তা নম্বু পাযদুনা চঙলক্লে, মশেন্নিপা যুগোলসু মখুত্তা নম্বু পাযদুনা মবাইগী তুং ইন্নবকখি। শোঙলবা নাপী মবক্তা মাগী তাখোক্লা নমথেক নমথেক্তুনা কার্ত্তিৎনা কৈ থিবক্লে। কৈ লৈবম্বা যাই হাযনা খনবা অশোঙবা শীঙুৎ শীক্লাং নমথেক হাইদেক্তুনা থিবকপদা কৈনা চেৎনা লোৎখিবনা থিবা ফংদ্রে, মমৈথঙদা খবাসু কুথবা শীঙুৎ শীক্লাংনা ফোপথেক লোনবা কোলহঙ অমদা পাযবিবা নম্মুদুনা ফৌ শুবগুম্না খুৎ অনীনা পাঙ্গল থোক্লা শুথবগা চিংখৎলকপদা কৈনা তাখোক পাযবগা ইন্নবক্লে,

কার্ত্তিংনা খুৎলাই থাবা নংদ্রিঙৈদা কৈনা মাগী খৌবী তম্না চোংশিল্লগা পাম্নোম মকদা চীকখাযবক্লে। মবাইগী মতৌ উবগা খুৎলৈথুনা মশেন্না চোংশিল্লক্কুনা কৈগী মশাদা অথৌবা নম্নুনা থিল্লে। চৈনা ফংলবা কৈদু চোংথোক্লগা মাগী হান্নগী লোৎফম দা অমুক লোৎখ্রে। মশেন্না মবাই শিবা তাবে খন্দুনা ঈনা পুমঙাং ঙাংন চোৎলবা মবাইবু মনমদা পোনবা থৌবাং তৌই। মদুদা মবাইনা কবি অমত্তা থুক্কৎপা অকিবা য়াওদনা "কবিসু তৌবোই ইশেন পাখৎকনু, কৈনা শবাক হাল্লমদ্রবদি কৈ ফাবগী মনা ইশেন ইবাইনা ফংবা য়াবনি।" পম্থদনা মবাইবু পোখৎখ্রে, কৈবনগী ব্রাংমদা অখঙ অহৈ মাইবা কয়ানা চঙশিল্লক্কুনা কার্ত্তিংপু লায়কন্নখ্রে। কৈ লৈফম খঙলবা বোধচন্দ্র মহাবাজনা শাগাই মথক্তগী নোংমৈ গুলি কযামকম কৈ লৈবম্বা যাবা থাজবা মফমদা কাপশিল্লি পুংজা খবা নোংমৈ কাপশিল্লবা তুংদা মহাবাজনা অমুক লাউবকখি। "লৈবাক মচাশা ! কৈ শোযদনা শিবম্লগনি, থৌনা লৈবা নিপা খবা চঙলগা অশিবা কৈ থিবীযু" হাযনা হন্না হন্না লাউবম্মী। শিবম্বা যাবে খল্লবা ফাওবদা কৈ কিদবা কনাসু লৈবমদ্রে। পাউখুম অমত্তা ফংলক্রবদা ব্রাবগাইদা লৈবা ঙাংবম জিলানা "শ্রীযুৎ ননাই ঐ চঙজগে হাযবকখি। জিলানা পন্নুং চঙবা মতমদি তুংইনবা নিপাসু য়াম্লে। অসুম্না কৈ থিবকপদা মাগী লোৎফম কোহলং অদুদা শিনা তাদুনা লৈবম্বা থেংনবে। অসুম্না থোংজাও কার্ত্তিংনা কৈমক ফাবা ঙমহৌদ্রগসু মাগী থৌনা অদুবুদি মীযাম্না থাগৎনখি। মশাদা কৈনা চীকখিবগী অচৌবা দাগফম পুন্সি চুপ্পা কোকখিদে। ব্রাংভুদা কৈনা চাখিবা নিপাদুগী মমিং অমোম মোধুসিং কৌই। মফম্না নাপচীংগী চীংখোঙদনি।

## কার্ত্তিংকী পাঙ্গল অমদি থৌনা :

চকপা কাংলুপ মশেন চাবৌ-মৌবৌনা অঙনবা মতমদা চৎনবী অমা ওইবম্মী শাগে মশেন, মিংগৌ যাদবা, য়েক সলাই থোক্লবা কুপ্না থিগৎনবম্মী লৌনবা য়াবমদে। লৈত্রাম অমসুং থোংজাও য়াম্না লৌনা-লৈনবম্মী অতোপদা থোইনা হাইদোক্লবমদে। কার্ত্তিং কৈনা চীক্রিঙৈগী ব্রাবীনি। থোংজাও পাখং অমদা লৈত্রাম লৈশাবী অমা কার্ত্তিং যাওনা মখোয অহুম চেল্লকপা জাৎনী।

মতমদু গাডী লৈবমদে খোঙনা চৎপা ঙাক্তনি। মখোয় অহুম অযুক ঙন্তা অশম্বা লম্বীদা লাকপদা ঈথায তুবেল লানবা তাবম্মী তান্না চাদ্রিবদি হিসু থোংসু অমত্তা লৈবমদ্রে। মতমদি থেঙজিল্লক্লম্মী। নুমিত্তুমা মীগীদা লৈথোক্কদসু মকপ মপাং ব্রাৎপা লম ওইবনা লৈনীংলমদে। ইবোইদুনা লাম্বোক্লসী হায়ববসু লৈশাবীদু ইবোইবা কবিমত্তা হৈবমদে পাখংদুসু কাবক হৈ তুবেল লাম্বোক ঙম্বদি কিতক তৌনা উই। কার্ত্তিংনা হাযবকই ঙসি যুম য়ৌদবা যাদে, ইবেম্মা নঙ হঙ্গোইগনু ইকু নঙবু পোবগা লাম্বোক্লগে নিপা নঙদি কিবগা লৈহৌবো হযেং লাকউ হাযবগা লৈশাবী মাগী মনমদা কোনহল্লগা ঈপাম্বাগী পাল্লবা ঈথায তুবেল লাম্বোকখি। মথংদা পাখংদুসু অমুক পোবগা লাম্বোকখি হাযনা চীম্বাঙ ব্রাবিদা তাবা ফংই। পাখঙ অমসুং লৈশাবী অনীদু অতৈ কনাসু নত্তে অইবা ঐবু পোকপীবম্বা ইমা বাবা নী। ইমাগী মিং নিংথৌজম নীংঙোল শমজেৎশাবম ওংবী সংঘপতি কৌই, বাবাগী মিংনা শমজেৎশাবম চাউবা কৌই। চীম্বাঙ ব্রাবী অসি মতম চানা বাবাদা হংহৌদ্রে। ঐনা খঙজহৌবদা ইপাদু অদুক হক্লা লিন্দা লৈতবা মীশক্তী ওইখিদমাল্লে খল্লি।

## লুগুনশিংগী পাইবক লৌশিং:

জপান লান মমাঙগী ব্রাবীনি। ফুবিৎশাবম লুগুনসিং মশা মউ ব্রাং-চাউবা মশা ফবা মীশক্লী। পাইবক লৌশিং ফৈ ফাগীসু হৈ। মতমদু ষনগডীদা কাইবঙ শেল্লগা চফু হাপই। অদুগা চফু থাবা অবাপ অবাপ্পা মফমদা চৎনৈ ষনগডী চৎপদি নুংথিন্দা ষন পোথাহল্লগা নুমিদাংদা চৎনৈ, অথাপ্পা খোঙচৎনী শগোলমাঙ পুখাউদনী শমজেৎশাবম চাউবা মখোয অনী চৎমিন্নবনি। মখোয অনী য়াম্মা লুনা চান্না তিন্নৈ, অমনা অমবু বোবো ভায় ঙাক্তা কৌনৈ চফু থাকবগা যুন্নোমদা হল্লকপগী ব্রাবীনি। লম্বীদা থাবলগী মঙান্দা ডাকু ৩/৪ থেংনবম্মী ডাকুশিং অদুনা মাঙ থাবিবা চাউবগী ষনগডী মমাঙদা থৎলে শেল মুনগদবগী ধমকা তৌবা হৌবক্লম্মী। তৌবিবা ইবাংদু খঙলবা লুগুনসিংনা তুংদগী খোঞ্জেন হৌনা লাউবক্লম্মী, "বোবো ভায নকোক অমুক্তা লুকথবীযু তেনগী নিশান থাবা যাদ্রে" মখুত্তা পাযবিবা শাজৈদুনা তেন মানহল্লগা অমুক্তা

হন্না ইচীন ইনাও শা হু তৈবা তেন কাপকদৌবে, নথ্বায মাঙনীংদ্রবদি চেলহৌবো নত্রবদি কাপ্লগে কাপ্লগে হাযনা লাউবকপদা ডাকুশিংদু কাযনা চেন্নখি। চাউবনা বোবো ভায খুৎলাই থাদোক্লো নিশান শোযদনা ঐঙোন্দা পাল্লবদি ফবোইযে, হৌনা হৌনা লাউবম্মী ডাকুশিংনা তাবমগনি মখোয অনীনা ঙাংনবদু অসুম্না মখোয অনী পাইবক লৌশিং শীজিন্নহৌবনা খুদোং থীবদগী নাম্থোকহৌবে।

**চাউবগী মথোঙ হুক্তবা দষা :**

শমজেৎশাবম চাউবা থবক শুগনবা, পোত্থাবা হৈতবা নিপানী ইচম চম্বা থাঙ, পাইজনচিংবা অচম্বা খুৎলাই খবনা শীজিন্নবগা ব্রানা শাবা লালটেন, তবেং, যোৎকী লাঙ্গোন পুথোক্লম্মী। মানা ষনগাডী চৎলিঙৈগী চীম্থাঙ ব্রাবী নি। চফু গাডী মখোয ৪ / ৫ চৎমিন্নবজাৎনি মাগী ষনদি খবা শোল্লী মযামগা খোঙচৎ ম্যান্ননবা ষনগী মতেং পাংবা ওইনা বম্লক্তা চৎপা জাৎনি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা যৌগে খন্না থৌনবিবনি লম্বীদা চৎপা নিপা নুপী মখৈনা মাগী মপা হেক লাম্থোক্লমদাইদা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবম্মী। মদু মানা থোইনা খল্লুবা তৌদে ফনা শাংনা চৎলবা তুংদা মাগী গাডী থাম্লম্মী তুংগী গাডীব্রালানা কৈদৌববগে হাযনা হংলকখি মদুদা মানা খুমখি খুদৈ তাহৌবে। মযাম গাডী খাম্নববা তুংদা চঙশিন্দুনা যেংনবদা খ্বাংদা লুপা খাউদমক কিদুনা লৈবন্নে খুদৈদি যাওবমদ্রে। মযাম পুনশিল্লগা নোকমিন্নদুনা অব্রা পোত্থমিন্নখি।

**লৈখোনসিংনা কৈগী মখনাওদা চৈনা থিনবা :**

শমজেৎশাবম লৈখোনসিং কার্ত্তিৎকী মচা নিপা অহন্নী। মাবু পোকপী মমাদি চাইবেল নীংঙোন্নী। মমিং লিক্লাই কৌই। মানা অঙাং ওইবিঙৈদা মমা মপাগা যানদদুনা মপামদা হনখি। মদুদা ম্যাসু লোয়নখি। পাখংগী তাংকক ফাওবা মমাগী মনাক চাইবেন্দা লেল্লকখি। কোন্না মপাগী নাক্তা লাক্লগা থোংজাও নীংঙোল লৌবগা লৈখিবনি। মানা চাইবেন্দা লৈবিঙৈদা নোংমা মখোয়গী

ইবোই লম্মাংদা থাদোকখিবদু হোইগৎলুনবা চাইবেন্দা লৈবা তোম্বা কৌবা নহা অমগা চৎমিন্নবম্মী। চাইবেন শাবম (শাফম) গী শীংঙুৎ, শিক্লাং, ইনচিংবা হৌবা অশোঙবা নাবক অদুদা ইবোই থিবদা কৈ থেংনবম্মী। কৈনা মবানী উবদা লাক্কদবগী থৌবাংবদু উবে। "হায তোম্বা ! কৈ চেনশিল্লক্কদৌবে ঙক্তা ফি যেৎশিল্লু, চৈ চেৎনা পাযযু।" কৈনা চেনশিল্লকপদা মখুত্তা পাযবিবা শনৈবী ৱাশাগী অবিংবা শাজৈ অদুনা তাঞ্জা যেং-যেংলদুনা কৈগী মমায অমদি মশাদা কল্লম্মী মতৌ অসুম্না কৈ ঙাথোক্লবা হোৎনবদা শাজৈ তেকথোকখ্রে। তাঞ্জা ফংলবা কৈনা মখা লাউনা কাথোক্তুনা মাগী পাম্বোম মরু অমদি থৌবিদা লাক্কদবগী হোৎনবকখি। "হেবা নঙগুম্বনা ঐঙোন্দা" হাযবগা লোযননা শাজৈ মতেক খুবোম্মুক শাংলিবা অদুনা কৈগী মখানাওদা পাঙ্গন থাদুনা থিল্লমী। চৈনা ফংলবা কৈদু চোংথোক্লগা চেনখিবম্মী। মাগা লাকমিন্নখিবা তোম্বদি অহানবা কৈগা লৈখোনসিংগা লাক্লবা হৌবকপদগী কিদুনা চেল্লগা হাবুং মকমদা লোৎলিবনি। কৈদুনা তোম্বদা অমুক লাকপা হৌবম্মী। লৈখোনসিংনা তৌবিদু উবে থোইনা লাপ্লবা নত্তে, মানা অমুক থুনা যাঙনা চেনশিল্লম্মী। কৈনা মাবু উবদা কিদুনা চেনখ্রে। ঙসাইমখৈ অশাউবগা লোযননা থৌনা পাঙ্গল শীজিন্নবম্বা, কৈ চেনখ্রবা তুংদা মশাদু চুম্না লেপ্পা ঙমদ্রে। তোম্বসু লৈমাযদা তাদুনা লৈখবে। লৈখোনসিংগী তুংগী ঙকশম, ওইথংবা পাম্বোম মরু নঙ্গল শলাক শানা শোক্লগ্লে। তোম্বগীসু মকোক্কী উন মখৈ শেগাইবল্লে। অসুম্না মখোয অনীমক হৌগত্তুনা চৎপা ঙমদ্রে। মমৈথংদা খুনগী মীনা লৌখৎলগা লাযেংখি।

লৈখোনসিংবু পোকপা কার্ত্তিং মপাঙ্গল, মথৌনা, মবিংজেল ফবগীদমক লৈবাক্লা শক খঙলবা মীশক ওইখি। থোইদোক হেন্দোক্লা ৱাংঙুদা কৈ ফাখিবগী হাক্তক্তা। মথংদা পুম্লেন পাৎকী পাখংবা কোলুদা মানা ঈশিংদা ঈকপ্লগা খযোমলাকখিবা অনী অসিনি। লৈবাক মীযাম্না মাগী মবমদা শীংথাবা যাবা কযামকম লৈবি। পুম্নমক্তু তেনশিঞ্জবগা মচানিপা লৈখোনসিংগীদা পঞ্জবগে।

লৈখোনসিংনা চাইবেন শাফমদা কৈগা লাক্লবদি তাঞ্জাগী মতুং ইন্না মাগী পন্থৌগুম্না লৈবাক শাবা শন্না খণ্ডনখিদে। মাসু মথৌনা, মবিংজেল, মপাঙ্গল মপাগী মচানী হায়বদা মতীক চায। মাগী থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথাবা যাবা থবক্তী।

ইং ১৯৬০-৬৫ অদুৱাইদা ওইগনি। মতমদু লমদম অসিদা হুবানবা, লুট-পাৎ তৌবা কনবা মতম্নী লোযননা নাগা হোষ্টাইনগী ইবাংসু কল্লম্মী। ইবাং ফত্তনবা মবম ওইবগা খুঙ্গঙ্গী মীশিং নুমিদাং চনীং তানা তুম্বা চাবা যানবমদে। মীযামগী অৱাবা অকিবসী কোক্লনবা কনাগীসু থৌইনশিন যাওদনা লৈখোনসিংনা মাগী শাগৈণী মযাম্বা শমজেৎশাবম চাওবগা লোযননা খুল্লক্কী লৈবক-কোনশাং শীনবা থুংনা মখুত্তা মতীক চাবা খুৎলায পাযদুনা পেট্রোল্লিং চৎমিন্নবম্মী। অসুম্না মচা মশু লৈববা অহন অনীনা মতম খবা মীযামগী অৱাব্য কোক্লবা হোৎনখি।

# থোংজাও নুপীগী শক্তম

অবিবা মতমদগী হৌনা থোংজাও নুপীদি শুবা নোম্বা যাম্না কল্লি। কাব্রং তীল যোকপগী অযাম্বা থবক নুপীশিংনা হোৎনদুনা লাকখি। তীল মহুমদগী লং নাইবগী থবক্তী নুপীখক্তনা হোৎনবকই। চফু শাবগী থবকসু ঙল্লিবৈঙে মতমদা নুপীখক্তনা শাবকখি। অযুক নুংথিন্দা নত্তনা নুমিদাং অথেংবা ফাওবা চফু শাবম্মী। লৌউ থা অমদি লৌবোক থাদসু নুপীশিংনা চপ-চানা থৌদাং লৌদুনা লাকখি। অবিবা মতমদা মহৈগী থাক নেম্লম্মী। মতমগী যাওল মতুং ইন্না হৌজিক্তী নুপীশিংসু থোইনা ব্রাৎত্রে।

## থোংজাওগী শীংথাবা যাবা নুপীশিং :

১। শমজেৎশাবম ওংবী কোলাপতি দেবী
২। অসেম ওংবী অমু দেবী
৩। যুম্নাম ওংবী পদ্মা দেবী
৪। শমজেৎশাবম ওংবী থম্বান্নু দেবী
৫। লৌবেশ্বম ওংবী ইবেচা দেবী
৬। লৈমপোকপম ওংবী অমুসনা দেবী
৭। লৈমপোকপম ওংবী কুন্জবি দেবী
৮। নিংথৌজম ওংবী অপানবী দেবী

অসিনচিংবনি অমুসনাদি হৌজিক লৈবি, অতৈদি লৈখিদ্রে। মখোযনা তৌবিবম্বা থবকশিংদি খুলগী ওইবা লমশিং ফিবম কাযহন্দনা থম্বা, খুঙ্গগী ফগু শেমগত্তুনা মীযামগী ওইবা থবক্তা শীজিন্নবা, মন্দিব শানবা হোৎনবা, লম্বী শেম্বা, উমংলাই হবাউবা মপুং ফানবা হোৎনবা অসিনচিংবনি।

**থম্বান্নু :** ব্রাইখোং গ্রাম পঞ্চাযেৎকী ব্রার্ড মেম্বব থোংজাওনা অমখক্তা ওইবিবৈঙে মতমদা মহাক্কা শ্রীলৈমপোকপম মনিকচান্দ সিংহগা অকনবা লাম্বা তৌনদুনাভোট লেপ্পখি অহন ওইববী মখুত্তা চৈগু পাযববী মহাক্লা খুনগী ফনবা খনবদা থৌনা হন্দবী, মবুধী মবৌশিং ফবী পুকচেল তম্লী মহাক্লা খুলগী লুচিংবী ওইববদি হেন্না ফাগনি খন্দুনা মহাকপু ইলেক্সন্দা মীযাম্না মায পাকহনখি, অসুম্না মতম খবা খুঙ্গগী লুচিংবী অমা ওইনা থবক তৌবম্মী।

**ইবেচা দেবী :** লৌবেম্বম ওংবী ইবেচা দেবী মহাক চহী কয়াগী মমাংদগী শীংজমৈ চীংঙা মখা হৈবাঙ্গোযথোংদগী লাক্লগা থোংজাওদা লৈবখিবনি। ইংশোক ২০০৭ তা লৈখিদবে। মানা হিংলিঙৈ মতমদা থোংজাও মযায লৈকাই মন্দিবগী শবীক অচৌবা অমা চেক্লা যুম্বী ওইনা শাবগা মতম শাংনা চৎনবা যানবা কৎপিবম্মী। হৌজিকসু লেঙদনা লৈবি।

মথাক্তা পঞ্জবিবা লুচিংবী নুপীশিং অসি লৈখিদ্রবা ঙাক্তনি। লৈমপোকপম অমুসনা দেবীদি হৌজিক হিংদুনা লৈবি। অসিগুম্লবী ইমা শক্লবী নুপীশিংগী মফমদা তুংগী মীবোল ঐখোযনা নীংশিংফম থোকই।

# শান্ন-খোৎনবদা থোংজাও

## মুক্লা কাংজৈ :

অবিবা মতমদা মীশীং য়ামদ্রবসু মশা মউ ফবা অমদি মুক্লা কাংজৈগী শান্নবোয অফবা মশীংদগী মগুন্না হেল্লম্মী। মশা মউ ফবগা চীঞ্জাক্কা মবী লৈনৈ। চীঞ্জাক ফবা হাযবসি শেম্নোক লম্বীগা অমুক মবী লৈনৈ। হাযনবম্মী মতমদুদা ''থোংজাওদি মাঙ্গোন্দা কৈথেন কায হায়না'' পাউবৌ অসিগী ৱাহম্নোক্তী শেম্নোক লৈবা অতাঙবা শিনফম অনি পাযববনিনা খুত্তা শেল কোন্না পাযবম্মী, অদুনা হিংবদা চঙবা পোৎলম খুদিং অকোযবদা লৈবা খুঙ্গংগী মীওইনা যুম যুমদা পুশিল্লকই। মদুদা থোংজাও নুপীনা লৈবগা ইবায লাযনা শীজিন্নৈ হাযবনি। খুদম ওইনা আবোঙনা তুবেন্দগী ফাবা ঙাবা-ঙাতিন, শাবেং খাবকনচিংবা থোংজাও তানা পুবক্তুনা যোল্লখি, ৱাইখোং নুপীনা কৈথেন্দা থোকপা মনা মশীং অতেক অনৌ, থাউ থুম, খানপোকপীবোমদগী শেৎনা ইন্নবা ফি-বোল যেঙ্গাং নাপী, চীংমীনা চীংগী পোত্থোক পান মাইবেন ইম্ফালগী মীনা অকে অমৌগী পোৎলমশিং পুন্নমকতু থোংজাও নুপীনা মাঙ্গোন্দা লৈবা ঙাক্তনি।

মতৌ অসুম্না অফবা চীঞ্জাক মবাং কাযনা চাবা নিপাশিংদু মশা-মউ ফবগালোযননা শান্ন-খোৎনবা মুক্লা কাংজৈগী লমদা অথোই অহেন তান্নবদা থাক ৱাংনা লৈনবম্মী। মুক্লা কাংজৈদা ওজা নাইদুনা তম্নবম্মী। শান্নবোয খুদিংনা শামান্নবা থেংনবকপদা মায পাক্লবগীদমক ওজা গুরুদগী অফবা পাউতাক লৌবম্মী লমচৎ-শাজৎ নীতি নিযম ঙাক্লা চৎলম্মী।

## ৱাংঙু লাইমাঙদা মুক্লা শান্নখিবা

## (খৃ: ১৮৯১-১৯৪১ চুড়াচান্দ মহাবাজগী স্না হাক্তক)

উমং লাই হবাউবা লোইশিল্লকপদা মুক্লা শান্নবা খুন অমগা অতোপ্পা খুন অমগা শীংনবগা শান্নবা অবিবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা চৎনদুনা লাক্লি। মতমদু থোংজাও অফবা শান্নবোয লৈবগীদমক কৈবোয় লৈকায়দা মমিং চৎলি

লোযননা ৱাংঙুসু মমিং চৎলম্মী। মখোযনা থোংজাওবু মাযথীবা পীবগা নমথগে খন্নবদুনা মুক্লা শীংনবকখি। মদুদা থোংজাওনা হবাউনা যাখি। থোংজাওগী শান্নবোযশিংদি মানা মানা তম্নকবা বিদ্যাগী চাংযেং তৌনীংলকপা, মশা মউ ফববোমদা হাযবগা অথাকপা ষন লামচা ৱাইননীংবনা ফী ফী কান্নবা অদুগুম্বা তাঞ্জাদা চপ চানা থোকখি।

শান্নবোযশিং -

১) লৈমপোকপম হাওজৌ যাত্র শান্নগদবা

২) খবাইবম দেবসিং

৩) লৈমপোকপম চুবাসিং

৪) লৈমপোকপম যুবা(চমুবা)

৫) লৈমপোকপম কোন্দুম্বা

৬) শমজেৎশাবম খাবাও

৭) থাংজম মথবাম

৮) শমজেৎশাবম খৌথোন

৯) শমজেৎশাবম কার্ত্তিৎ

মথক্কী খুনগী অখন্নবা শান্নবোযশিংগা লোযনবা নিপা যাঙ্খেবোমগা খুনগী খুল্লাকপা যাওনা মথক্কী শান্নবোইশিং শান্নগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা শামান-লেংমান্নবা থেংনকবদা মাযপাক্লবা খুনগী হৌনবী ইবাৎ-থৌনিবা লোইশিল্লম্মী, শান্নগদবা নুমিত্তা খুনগী যুমথোঙ খুদিংগী থোঙ্গান্দা ঈশিং সনাপুন থন্না হাপ্তুনা খিন্নখি। অসুম্না শান্নবোযশিংদু অফবা পুংফমদা ৱাংঙুগীদমক খোঙশানখি।

মুক্লা শান্নগদবা নুমিত্তু ৱাংঙু লাইমাঙদা তিনখিবা মীশী অঙকপা ফংনা যামখি। থোংজাওগা ৱাংঙুগা শীংনবগা মুক্লা শান্নবগী পাউ মাঙজৌননা মাযকৈ সাবাশন্না শন্দোকখি মদুদা অথাপ্লদা লৈবা মুক্লা যেংনিংবা কযানা নোংম নীনী ৱাৎলিঙৈদগী হৌনা থুংলখ্রবনি। মৈতৈ লৈবাক্কী মুক্লা হাযবা মশান্নসী অঙনবা মতমদগী ঙসি ফাওবদা মীযাম্না পাম্না যেংনবি। তিল্লিবা মীযামদুনা থোংজাও ঙাইনদুনা লৈনবিঙৈ, মতম চানা থোংজাওগী শান্নবোযশিং লাইমাঙ তম্না পবেং শানা মবী মবী চঙনবকখি। তিল্লিবা মীযাম্নসু খুবাক প্রোক প্রোক ফুদুনা শান্নবোযশিংবু পুক্লিং থৌগৎখি। অসুম্না শান্নবোযশিংদুনা লাই খুকম্নবগা লাইমাঙগী অৱাং থংবদা থোংজাওগীদমক শেমদুনা থল্লিবা ফক্লেন থাবিবা

অদুদা ফম্লখি। মুক্লাবোয মশীং যামদবনা থাবল্লিবা ফক্লেনগী ফমফমদু হাওলে ফক থন্দ্রে। মদুদা ব্রাংঙুগী মচীন-মব্রা চৎপা লুচিংবা অমনা হৌগৎলগা "কবি মতৌ কৌবগে ঙসি থোংজাও নখোযনা তৌবক্লিবা থৌদৌসি ? চাউথ্রবা ব্রাংঙু খুঙ্গং অমগা মুক্লা শীংনবগা শান্নগনি লাক্লিবা মুক্লবোয খবখক অসিবা, নখোযগী মুক্লাবোয অসীদি ঙানু চাগোক অমগী মশীং ফাওবা যৌবল্লোই" খবা শাউতক্লা হাযবকখি। মদুদা থোংজাওগী পাউখুম হৈবা নিপা অমনা, "শাউবীগনু ব্রাংঙুগী ইযাম্বা শান্নবদা হৌখিসী ঐখোযগী মুক্লাবোয ব্রাৎপা খক লৈবোই।" মবৌ লৈনা খুমখি। যেংনীংবনা ঙাইঙম্লদ্রবা ভাবকশিংনা মাযকৈ মবিদগী মুক্লা হৌবো মুক্লা হৌবো হাযনা লাউশিন্নবকখি। মুক্লা শান্নবা হৌবে অহানবা দল যাত্রা লৈমপোকপম যুবানা শান্নখি। ব্রাংঙুগী মুক্লাবোয ব্রাং-চাউবা নিপাদুনা থোংজাওগী পিক্তক তৌবা যুবাবু যাম্লা উশিত্তবা মওংদা মথক্তগী শেখবগে খন্দুনা ব্রাংনা থাঙ্গৎলকপা উবদা ব্রাংঙুগী মীচঙ মখৈ হবাউনখি, অদুবু মদুগী মুক্লা লৌ অদুদি যুবাগী হৈনবী ওইবল্লে। মাগী যেৎ থংবা খোঙবী যোৎগুম্লা কল্লবা অদুনা লাম্বাদুগী থবাক মযাইদা যুশিল্লগা শিখবকপদা লাম্বাদু জ্ঞান মাঙথ্রমাল্লে, যুবাগী ওযথংবা খোঙদোন্না লৈমায হেক ফংখিবগা খঙহৌদনা যেৎথংবা খোঙনা লোংথ্রৌ হাইজন থাদুনা মমাগী লাম্বাদু মাযথীবা পীখি। অসুম্লা মথং মথং শান্নবকপদা থোংজাওগী শান্নবোয অযাম্বা মনম লৈপাক তাহনবা ঙম্লদ্রে। থোংজাওগী শান্নবোয় খবদি মী মবি মঙা মবি মঙা থাবা যাওনখি। শোযদনা মায পাক্লে খঙলবা থোংজাওগী শান্নবোযশিং থৌনা হনবা লৈতনা মাগী মাগী মতীঙ ফুদোক্তুনা শান্নখি অসুম্লা চথবকপনা যাত্রা শান্নবগী তাঞ্জা লাক্লে থোংজাওগী লৈমপোকপম হাওজৌনা যাত্রানী, ব্রাংঙুগী যাত্রাগী মমিং নোনি কৌই। অনীসি মাযকৈ অসোমগী মমিং চৎপা শান্নবোয ঙাক্তনি মনম লৈপাক অমুক্তা তানদ্রিবা ঙাক্তনি। তিল্লিবা মীযামদু শক্লাইবা অনীগী মুক্লা শান্নবা যেংনিংবগী লাঙতক্লবকপা মতমনি। যাত্রা অনীসিনা মাগী মাগী ফমফমদগী হৌগৎনবকপদা অদুক যাম্লা থোক্লম্বা অবাঙবা খোঞ্জেনশিংদু তুমিন তুমিন লৈনখি চ্যেক-মোক লাউখিদ্রে। যাত্রা অনি কোন্নবগা শান্নবোযনা শান্নবোয়গী মগুন খঙনৈ।

নোনিনা খল্লি ঐগী লাম্বসী লাক্লবা খবা ৱাগদৌবি কবি তৌবগা মাযথিবা পীশিগে ফত্ত-লৌশিং খনবা হৌবম্মী। হাওজৌগীদি নোনিনা খোঙফম খজিক্তং কাযবকপদা মাগী হৈনবী বিদ্যা উথোক্কে খন্না ঙাইবিবা তাঞ্জানি। হাওজৌদি মকোক শম হৌদে অদুনা মতম পুন্নমক্তা পঞ্জাবী কোকযেৎগুম্না যেৎলি খক থাদোক্তে মীঙোন্দা মাগী কোক অতাঙবদু উহন্নীংদে। নোনিনা শেন্নবিবা মুক্লা লৌদি অতৈ নত্তে, মাগী লাম্বাগী কোকযেৎ শেন্নবিবনি। অসুম্না শামান্নবা অকনবা অনীনা লৌ হৌনগদবগী খোঙফম কাযবা ঙাইনবিঙৈ লৈ-বাদুনা মুক্লবিঙৈ তাঞ্জাদুমক্তা খঙহৌদনা হাওজৌ যাত্রাগী কোকযেৎ লৈমাযদা তাখি। কোকযেৎ তাখ্রে খঙলবা হাওজৌনা মাগী হৈ-শিংলবা যেৎশংবা খুৎনা কোকযেৎ খুনগৎখি। মদুদা নোনিনা মাগী খদোংচাবা লৌবগা খুৎ অমুক্তা থাদোক্লখিসী হাযবকখি। হাওজৌসু কোকযেৎ অমুক হন্না যেৎশিন্নবা তাঞ্জা লৌবগা হবাউনা খুৎ থাদোক্লখি। মদুদা নোনিনা মুক্লা ঐনা থাবে হাযদুনা মখুৎ অনী থাঙ্গৎলগা হৌনা হৌনা লাউবকখি। কবিনো তুসু তুনদনা মানা থাবে হাযবিবসিবু হাযদুনা মীযাম মবক্তগী লাউনবা যাওনবকখি। মুক্লা শিল্লিবা অশীল অবাং পুনশিন্নখ্রে। মদুদা নোনিনা ৱাকৎলিবা (ক্লেইম) ৱাবোন্দী মাগী লাম্বা মখুৎ লৈপাক শোক্লে, মানা থাবা শক্লে অসিনি। যাই অমসুং যাদে, থাবা শকই নত্রগা শক্তে যেৎনবদু লোইশিনবা যাদ্রে। হাওজৌ যাত্রানা "অমুক হন্না শান্নখিসী" হাযবম্মী। নোনিনা ঐনা থাববা মুক্লাবু অমুক হন্নবা হৌনদে। যেৎনবদা ঙম্বা নাইনববোই খঙলবা ভাবক কাযনবা হৌবক্লে অসুম্না মবাঙ মবাঙ তৌদুনা লোইশিনখি। মথংগী চহীদা অমুক হন্না শান্নবদা ৱাংঙুগী যাত্রা পঞ্চমীগা শান্নখি মদুদদি থোংজাওগী হাওজৌ যাত্রানা থাখি।

## মোইবাং থাংজিং লাইমাঙদা মপা মচা অনীমক মুক্লা যাত্রা শান্নখিবা :

মোইবাং লাইমাঙদা মুক্লা যাত্রা শান্নবা হাযবসী পাক হেক্তা শান্নবা যাবা নত্তে। মুক্লাগী মোইবাংগী ওইনা ওর্গেনাইজিং কমিটি অমগী থৌশীল মকাদা ডিষ্টিক্ত কযাদগী শক্লাইবা মুক্লা শান্নবোয খল্লগা শান্নহনবনি। লাইমাঙদা চহী অহুম থংন-থংননা উইন্নব ওইবা ঙম্বা যাত্রা অদুদা এৱার্ড পীবনী।

## অমুজাও মৈতৈ :



শ্রীখুমুকচম অমুজাও মৈতৈ মহাক হৌজিক থোংজাও উমং লাই ইবুধৌ মযাংঙম্বগী লাইবুংদা ফম্লাইবা ওইবি। মহাক্লা পাঙ্গল ফবিদুঙৈ মতমদা মনিপুবগী মফম কযাদা মুক্লা শান্নবদা মায পাক্লক্তুনা যাত্রা মিংথোন ফংখি। থোংজাও অমদি ৱাইখোং খুঙ্গং অনীগী যাত্রা লেপখি। মহাক্লা মোইবাং থাংজিং লাইমাঙদা পান্নদ্রিঙৈ মমাঙ শান্নখিবা অখন্নবা মুক্লাশিংদি

১। থোংজাও লাইমাঙদা চাইবেলগী যাত্রা মনি গোল্ড মেডালিষ্ট বু থাদুনা মাযথীবা পীবা ঙমখি।

২। থোংজাও লাইমাঙদা নুংঙুগী শক্লাইবা মুক্লাবোয চোলসিংহবু থাদুনা মাযথীবা পীখি।

৩। থোংজাও লাইমাঙদা থোংঙামগী শক্লাইবা মুক্লাবোয গৌবমনিবু মনম লৈপাক তাহন্দুনা মাযথীবা পীখি।

৪। ককচীং খুনৌ লাইমাঙদা কুম্বিগী শক্লাইবা মুক্লা শান্নবোয মিষ্টব ভুমেশ্বববু মনম লৈপাক তাহন্দুনা মাযথীবা পীখি।

৫। ডিষ্টিক্ত লেভেলদা ৱাংজিং নিংথৌ লাইমাংদা শান্নবা চৎপদা মহাক্লা শান্নগদবা লম্বা লাক্লম্লগা লোৎখিবদগী মহাক্লা উইন্নবগী টাইটল লৌদুনা লাকখি।

৬। ডিষ্ট্রিক্ত লেভেল ককচীংদা শান্নখিবা মনিপুবগী চিফ মিনিষ্টব যংমাশো শৈজানা চিফ গেষ্ট ওইখিবা অদুদা লমদিংগী যাত্রা মনিচন্দ্রবু মাযথীবা পীবগা উইন্নব লৌবকখি।

৭। অখন্নবা মুক্লাগী মেচ অমা ৱাবগাইদা শান্নবদা তেবাগী বাপুচান্দবু থাদুনা উইন্নব লৌবকখি।

৮। মোইবাং থাংজিং লাইমাঙদা ৱাংঙুগী যাত্রা চীংলেনগা শান্নবদা মাযথীখি।



★ পনবা যাবা অমনা মনিপুবগী কংলাদা ইংশোক ২০০৪ লমতাগী ১৭ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা শলাই তবেৎকী ফিবান লৈবাক্কী ওইনা যাইফনবা মাইবীগী লাইফাও মতুং ইন্না যুংখি। মদুদা যেৎনবা কযামকম থোকখি। মদুদা মহাক্কী মীচঙদা অখঙ-অহে কযানা লেপখি। মমৈদা মহাক্না ঙমখি। মথংগী চহীদনা কংলাগী নুংজেং পূর্ত্রী অকিবা ফংনা শোংলম্বদু মহাক্না লমজিংদুনা থোংজাওদগী লৈমপোকপম শামু অমসুং শমজেৎ শাবন জযগ। মখোয অহুম্না থা মথায অমা চঙনা তেংথোকখি অউবা লৈবাক মীযাম্না মখোযবু থাগৎনখি।

## ইবোচৌ :



শ্রীখুমুকচম ইবোচৌ অপোকপা অমুজাও মহাক হৌজিক সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী মখাদা টেলিকোমগী থবক তৌবি। মহাক্না শান্নখিবা মুক্না

১। ষ্টেট লেভেলদা কংলাদা (এপ্রিল, ১৯৮৮ ইং) চিবোম ইবোমচা সিংহ কামোংগী যাত্রাবু মাযথীবা পীদুনা উইন্নব ওইদুনা গোল্ড মেডল লৌবকখি।

২। ইংশোক ১৯৮৯ মোইবাং থাংজিং লাইমাঙদা কৈবুনগী যাত্রা বিনযবু মাযথীবা পীদুনা উইন্নব লৌবকখি।

৩। ইংশোক ১৯৯১ দা মোইবাং থাংজিং লাইমাঙদা থাঙ্গ শামুকোনগী যাত্রা থোইবগা শান্নবদা তুবা অমসুং থাবগী যেৎনবা লৈখিবনা বিজল্ট লাউথোকখিদে। ভি ডি ও কেমেবাগী বিজল্টতদি ইবোচৌবনা থাই হাযনা লৌনখি।

## মুক্লা যাত্রা খনবা :

থোংজাওদি শান্ন-খোৎনবা মুক্লা-কাংজৈগী লমদা মিংচৎ তান্নবা হোৎনবকখি হাযবা তাঙ্কক খবা মথক্তা পঞ্জখ্রে। খুনগী যাত্রা লেপ্লকপা হাযবসী তবাইনা হেক্তা যাবা নত্তে। খুনগী মুক্লাবোয মখৈ পানা অনী থোক্লা খাযদোক্লবগা তখৎনবী তৌবগা খনবা ঙাক্তনী। হৌজিক্কী তুর্নামেন্ট কা মান্নে। মদুগী চৎনবীদু হৌজিক্তী লৈত্রে। মীওং মীদা যেংলগা যাত্রা লেপহল্লে। ইং-শোক ১৯৬০ গী মমাঙ ফাওবদি হান্নগী চৎনবীদু ঙাক্লম্মী।

## মনম লৈপাক তাখিদবা মুক্লা যাত্রা অহুম :

১। শমজেৎশাবম কাহ্নাই-সাব চুডাচ্চান্দ মহাবাজগী সনা হাক্তক্তা চাইবেন মৈনোগা চাইবেন লাইবুংদা যাত্রা শান্নখি, মদুদা মহাক্লা থাখি। মৈনো মনিপুবগী মনুংদা ব্রাং-চাউবা অমদি মপাঙ্গল কনবদা অখন্নবা মীশক্লী নিংথৌ মনাই অচানবসু ওইখি। কাহ্নাই মপাঙ্গন কনবগা লোযননা মুক্লাগী কাংলোং নীংথিনা খঙবা মীশক্লী।

২। লৈমপোকপম নব্রাং মীওই ব্রাং-চাউই, মপাঙ্গল কল্লী। মাগী থোইদোক হেন্দোক্লা মপাঙ্গন্দা ব্রাবীনখিবদি মী খ্বাইনা শীং মপুন অমা কোকথোং পুনবদা মহাক্লা মপুন অহুম পুবা ঙম্লম্মী মদুদা অউবা মীনা কল্লী হাযদুনা থাগৎনবম্মী। থাগৎ ব্রাহৈদু তাবদা অমুক্তা হেন্না অঙকপা পোকহল্লগে খন্দুনা শীংপুন মঙা অমত্তা ওইনা লাকশিল্লগা পুবকপদা লম্বীদা মী অমফাওবা খেংনদ্রে। শীংদু লৈপাক্তা হেক থাধবগা ওম্ভোকপা মতৌনী ঙক্লী তেক্তুনা শিবমগনিদা হাযদুনা মাগী ইমুং মনুংগী মমাংদা মদোম শোঞ্জখি। শীংপুন মঙা অসি মতমদুগী ইবোই অকনবা অমগী কাংকোৎ মপোৎ অমনি। মহাক মতম শাংনা মুক্লাগী লমদা যাত্রা অমা ওইনা থোংজাওগী ইজৎ পুবকখিবা মীশক্লী। চহী অহন ওইশিল্লক্লবদা হবি ভক্তিদা মায় ওনশিনখি। মুক্লাগী লমদা মাগী সেবক-শাখা কযাদা মুক্লা তাকপি/তম্বীবম্মী।

৩। শমজেৎশাবম সনাহোংবা

মহাক মীওই মীতৌ ব্রাং-চাউই, মপাঙ্গল কল্লী। উমং লাইগী লাইবুং কযাদা শীংনদুনা শান্নবা মুক্লাদা মনম লৈপাক তাবকখিদবা মীশক্লী। মশাগী চহী অহন ওইশিল্লক্লবদা খুনগী খুল্লাকপা ফম মঙোন্দা শিন্নখি। মাগী মতমদা উমং লাইগী লাইকোন হান্না মওং-মবিন তাবমদবদু মহাক্লা অনৌবা মওংদা শেমদোক্লুনা ফজহল্লম্মী।

**লমজেন যাঙবা হিবেঞ্জাও :**

লৈমপোকপম হিবেঞ্জাও মুক্লাদা, কাংজৈদা, লমজেন্দা মাগী লাম্না অতাঙবনি। মতমদু উচেক তানবা চৎনবম্মী। মানা চৈবুন খবা পাযবগা উথুম্না পাইখৎলকপদা লংবদি শোযনিঙাই লৈতে হাযনৈ, কবিগুম্না শোযবা থোক্লগা অপাইবা উচেক্লু তান্নবগা উথুম্না ব্রাবদুনা লৈমাযদা তাবগা মানা নমদুনা ফাবগা চপ মান্নে। কযাদা যাঙলমখ্রবা লমজেন্নো হৌজিক্কী মতমদা পোক্লম্বা ওইববদি সনাগী মেডল যাম্না ফংগনি।

## নোক্লিংবা খবা কপ্পীংবা খবা
## (ইংকুমজা ১৯৪১-৫৫ বোধচন্দ্র মহারাজগী মতম্লী)

অহানবা থৌদোক - থোংজাও খুনগী মাগুব শানবা উমংলাই লাইকোন্দগী অচৌবা উ খবা খুনগী লুচিংবশিংনা ইচম চম্না যাল্লুবজাৎনি। মতমদুদা শমজেৎশাবম বোবজাওনা লাই শেলুংবা ওইবম্মী। মানা হাযবম্মী উমং লাইদি নিংথৌ লাইনি নিংথৌ তাকহৌদনা যাল্লুববনিনা শেল খবা তিংদবা যাববোই হাযদুনা কিহল্লম্মী। তশেংবদি মঙোন্দা পৈশা খবা পীহন্নীংবনি। অদুবু মাগী পুকচেল খংবা যাওবনা মঙোন্দা ব্রা হাযনীংদ্রে যেৎনবে। অদুদগী বোবাজাওনা লোন্না কোনুং চৎথ্রগা নিংথৌ মনাই অঙম্বশিংগা লৌতুনদুনা থোংজাওগী লুচিংবা খবা কোনুংদা কৌখৎলম্মী মদুদসু চৎহৌদ্রে। বোবাজাওনা অহনশিংদা জাৎ জাৎকী ব্রাহৈনা কিহনবদা নত্তনা নিংথৌমনাইশিংগা মান্নবগা

ফু-চৈদুনা ওৎলম্মী। তাঞ্জা অদুদা মাহবাজ মখাবোমদা লেঙঙকখি। অহনশিংনা খন্নবগা হোবেন শ্রীযুৎনা মখাবোমদগী হাইগৎলকপদা ঐখোয পুন্না ৱা্ হাযজহৌসী মানা চানবিববদি শেল থোইনা তিংলোই খন্দুনা সোবোক্কী নাকন্দা লফু যুংলে, সনাবুন্দা ঈশিং খিল্লে অসুম্না মীযাম থোক্লগা শ্রীযুৎ ঙাইদুনা লৈনবে। মতম খবা থেঙজিল্লক্লে নুমিৎ তাগদৌবে। নিংথৌনা মনাই মশনগা লোযননা জীপ কাব পবেং শানা মখাবোমদগী হাইগৎলকপদু উবে। লাক্লে লাক্লে হাযদুনা মযাম লেপখৎনবে। ওন্থোকপা মতৌ হায়বদুনি মিকুপ অমফাও পল্লমদনা মাগী কাব হেন্দোক্লগা থৌখ্রে। তুং থংবা জীপ্তা তোংবা ঐজ্ঞা বীবহবি মখুৎ যেৎ থংবনা বাই বাই তৌবম্না জাৎনী ঐজ্ঞা বীবহবি ককচীংদগী নিংথৌ খনবা যাওবনি থোংজাওবু শক খঙবা মীনি। নিংথৌনা মিকুপ অমা পল্লমদনা হেন্দোক্লগা চৎখিবদু পৈবিবা নুপী অঙাং যাওনা খুনগী মীশিংদু যাম্না পেয়দ্রে। মখা তানা ৱা খন্নবে। অহনশিংনা মাগী মাগী অনীংবা মত পীনৈ "ঙসি মহাবাজনা মিৎচিনা হন্না ফাওবা যেংলমদনা চৎখিবদু থোংজাওবু মানা যাম্না শাওবি।" ঐজ্ঞা বীবহবিনা মখুৎ হাইবল্লিবা খুৎশা মঙা উৎলল্লিবদু অতৈ কবিসু ওইববোই লুপা ৫০০/- পুবগা কাবকউ হাযবা ওইবমগনি "নত্তে, নত্তে, লৈবাক্কী নিংথৌ অমনবু লুপা ৫০০/- হাযবা হৌনৱা লুপা লীশীং মঙা ওইবমগনি।" অসুম্নাঅহনশিংদুনা কুপ্না খন্নবগা তুংদা লুপা লীশিং মঙা ৱাবেপ লৌখি মতমদুগী শেলগী ভেলুদি ফৌ শংবাই অমদা লুপা অমা নত্রগা শিকি মঙাদনি। লুপা লীশীং মঙা তানবা খাযবদা লাযববা ইনাঃকখুনবা মীওই খন্দোক্লগা অনেম অৱাং নাইনা খাযখি।

অনীশুবা থৌদোক - থোংজাও খুনগী অৱাং নোংপোক থংবদা লৈবিবা চীং লুকোক মমাঙগী লৌকোন অসি অঙনবা মতমদা থোংজাওগী লম ওইবম্মী খুনগী ষনশেনবুংনী। লম্হাং লমজাও ওইনা লৈবদু খুল্লোন্নবা পুকম, পুকম-পান্থা, এলাংখানপোকপীগী মীওই খবনা লৌ উননবা যাম্না পাম্নবম্মী মখোযগী অপাম্বদা খুদোং চাবা লৌবগা থোংজাওগী অহন খবনা লোন্না যোম্নোক্লম্মী। মমৈথংদা খঙনবক্তুনা থোংজাওগী মীওই কয়ামকমগা লোন্না লম লৈবল্লিবা মীওইশিংগা লম মুন্নখি। অকনবা লান অমগুম্না থেংনখি

অঙম অঙম শল্লুপ থাজিন্দুনা ফৌ থাববা লৌফম নৈখায়দুনা মাঙহন্নখি। ফুনখি, চৈনখি, তেন কাপ্নখি অশোক অপন কযা যাওনখি। মমৈথংদা আইনগী মতেং লৌনখি।

নোংমা এস ডি ও থৌবাল। মতমদুদি লাকপা হায়না খঙনৈ। লাকপা মশা কুন্নক্কুনা খৎনবিবা নাকল অনীগী মী কৌবগা লমদু তংখায যেন্নবগা খৎনবা লোযশিন্নবা পাউতাক পীবকখি। মদুদা থোংজাওগী কাংবুনা খুমখি "ঐখোযদি তংখায ফংবা পামজদে, পীবিগে হাযবগা ঐখোযদা পুল্লপ্না পীবিযু।" লাকপনা থোংজাও নিঙাই কনমল্লী নখোয ঐনা হাযবা ইন্দ্রবনিনা লম ফংবা যাববোই হাযবম্নগা শাউনা চৎখি। থোংজাও কাংবু অমুক হন্না মথক থোংবা কোর্টতা আপিলসু তৌখিদে। মদুদা থেংনখিবা মীওইশিংদি - ১) ৱাংজম রুপসিং, ২) লৈমপোকপম পুনোশিং, ৩) লৈমপোকপম নৱাং, ৪) শমজেৎশাবম বুধা(বুদু), ৫) ৱাংজম মিখু অসিনচিংবনি মীওই কযানি।

## থোংজাওগী ইপা ইপুশিং অযাম্বনা মশা-মউ ফবা অমদি চাউবম্বা হৌজিক্কী মীবোল্লা থাক হম্থবকপা

ঙস্লিগী মতমগী ইপা ইপুশিং অযাম্বনা মশা-মউ ফবম্বা অমসুং ৱাং চাউবল্লগা তুংগী মীবোল ঐখোযনা মথং-মথং থাক হম্থবকপগী ফিবমদা লৈবে। মসিদি চাওখৎপগী খুদম নত্তে, চাওগৎপা খুন্নাই অমা পুবকসী হাযববদি ঐখোয খুদিংমক্না পাবমচৎ পুৱাবি কযাবু নৈনফম থোকই খঞ্জদুনা মখাগী ৱাবোলশিং থমজবি।

অঙনবা ইপা ইপুশিংগী মতমদা, চীং অমদি জঙ্গলগী উ-ৱা নাবক-মোংশোং পাৎ-তুবেল মপুংফানা লৈবম্বনা লম্লক্কী শা-ঙা উচেক-ৱাযা মবাং কাযনা লৈবম্মী। অদুনা অকোযবদা লৈবিবা প্রকৃত্তিগী খন কাযবমদে, ঈশিং নুংশিৎকী ফিবম ফবম্মী। চানবা ফৌ হৱাই, মনা মশিং থাবদা বসাযনগী হাব শীজিন্নবমদে। চানবা পোৎলম খুদিং মশাগী মগুন চপ চানা চেল্লম্মী।

লমচৎ-শাজৎকী মতাংদা ওজা গুরুনা পীবা পাউতাক ইল্লম্মী। শান্নবোয শিংনা শামান্নবা থেংনগদবা মতম ৱাৎলিঙৈদগী হৌনা ব্রহ্মচাবী পালন তৌনবম্মী। মথকথোংবা অহনশিংগী মফমদা ভক্তি ব্যভাব কাযবমদে ওইদবা ঙাংনবমদে। ঙাংথোকখিবা জবান ঙাক্লা চৎনবম্মী। মযাই কাবা নেশা চুরুট, বিবি, জর্দা, খৈনি হান্না অমত্তা লৈবম্বা নত্তে, মৈখু শীজিন্নবা মশা মশানা থাবগা শেমজবা হীদাকমনাগী মৈখু যাম্না লন্না শীজিন্নবম্মী। হৌজিক্কী যাবীদা থোম্বী, নিংশা স্ববদা চুরুট বিবিগী মকে নম্বিসী নত্তে। হীদাক মনা উম্বদি চীংমী ইচীন ইনাওশিংনা চীংগী অকা-অকুম চৎপদা তিন কংদনবা উম্নবম্মী। হৌজিক্কী নিপা নুপী অঙাংদগী হৌনা জর্দা খৈনি, তলপ উম্নবিবসিগুম্না উম্লম্বা নত্তে। লৈসু লৈবমদে। হাযবিবা ফত্রবা পোৎলমশিং অসিদী তুংগী পুন্সিদা অফ-ফত্ত কবিনো খঙদ্রবশিংগী চীঞ্জাক্লী। হীদাক মনাগী হু অসি কযা যাম্না কনবগে হাযবা তীনফা, কাকফৈ অমসুং লিনদা অমুক্তং পীজবগা যেংবদা খঙবা ঙম্মী। অঙাং মচাদা জর্দা মবীক অমত্তং পীজবদা অঙাংদু ওবক্কনি অমসুং ঙাওগনি। অসুক যাম্না কল্লবা হু অসি নুমিৎ খুদিং চাবিবা মমা অদুনা পোক্লকপা মচাদু হু চেনবা অঙাং ওইফম থোকই।

যু থকপগী চাংসু নোংম নোংমগী হেনগৎনবক্নি। ইপা ইপুশিংনা থক্লম্বা যুগা হৌজিক্কী যুগা য়াম্না খেন্নবে। মখোযনা থক্লমবা যুথক্কী চাং নাইনা থক্লম্মী। থবক শুবগী অৱা পোথাবা মতমদা অহানবা যুথক অনীশুবা যুথক খাযদোক্তুনা চাং তন্নগা থক্লবম্মী। যুদুসু থকপদা হকচাংদা অকাযবা পীবোইদবা মচাক শেন্নগা শীজিন্নবম্মী। অশেংবা যাংলীনা শেম্বা হামৈ অফবা মখলগী চেঙ শীজিন্নবম্মী। যু থোংনবা, তীংনবা পাত্র খুদিং লৈপাক্লা শাবা পাত্র শীজিন্নবম্মী।

হৌজিক থোংলিবা যুশিং অসিদি মপান লমগী নমথীবা চেঙ সুপবফাইন যুচাক তীংনবা কোংঙৌটিন, যুচাক তীংবদা থুনা পথননবা বসাযনগী পোৎলম,। সুপব, ইউবিযা, অফবা যু মান্নবা স্প্রিট, তাইবং মীনা চাবোইদবা পোৎযান ঙাক্তা হাপ্তুনা শেম্বা যাওনবে। ফত্তবা যু থকপনা মাযথোং যুমাযকাবা ঙক চেংশিনবা থবাক চেংশিল্লগা মবুক কংথোকপা মীগী মশীং ফনা যাম্না উবা ফংলে। মতু-মচাদা ওৎ-নৈবা ইমুং মহী লাংবা খৎন-চৈনবা মখল মখা ক্রাইম কযামকম নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্নি। খুন্নাই অমা লৈখা তানিঙাই মশক ওইববা নেশা অসি থিংননবা খুন্নাই কন্নীংবা মীওই কযানা ভোলুন্টবি ওর্গেনাইজেসন সংস্থান কযামকম শেমদুনা নেশাগী মাযোক্তা চঙশিল্লী। নেশাবন্দ কাদা, অমাদানচিংবা খুন্নাই কন্নীংবা সংস্থানশিংবু হেন্না মপাঙ্গল কন্ননবা হোৎনবগী মহুত্তা যু শুংবা কাংবুনা লোনশুং, লোনথোং, তৌদুনা অতৎ-অখম নাইদনা পুথোক্লি। অথকপা কাংবুসু লোনথক, লোনচা তৌনবি। মনিপুবগী মফম অযাম্বদা নেশাগী মযোক্তা চঙশিল্লিবা খোঙজং কনখৎলি। ফুবা চৈবা খোঙ্গোইনবা কযামকম তৌবি। কিনবা ৱাবকপদা শিবা ফাওবা যাওনখ্রে। অদুবু থকপগী চাংদি থোইনা হন্থদে। নেশাবন্দ কল্লবা মফমদসু যু অদুম ফংই। মমল খবা হেনগৎপগী ৱাদনি। মসিদা হায়জনীংবদি নেসা চাববু মীনা থিংবা ঙম্বা হৌনদে ইশানা ইশাবু নেশাবন্দ তৌজগদবনি। ইশানা ইশাগী মমল খঙলবা মতমদা নেশাবন্দ মায় পাক্কদবনি। যু থকপা তাবগসু চাবা তুম্বা নুংঙাইনবা চাং তন্নগা খজিক্তমক থকসী থক্লিবদুসু অফবা যুদমক থকসী। অবিবা মতমগী ইপা ইপুশিংনা থক্লম্বা যুথক নীংশিংসী।

## লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা তুংগী মীবোনগীদমক :

খুন্দা অহানবদগী লোয়নবক্লবা ইপা ইপুশিং অদুনা তুংগী মীবোলশিং মথং মথং নুংঙাইনবগীদমক খুলগী ওইবা লম মবাং কাযনা কন্দুনা থম্বীবম্মী। চীং, পাৎ, লম্মাং-লমজাও, শঙ্গাবুং, শান্নবুং অসিনচিংবা মতিক-চানা থম্বীবম্বা ঙাক্তনি। ইং শোক ১৯৬০ ফাওবদা ইমুং খুদিং ষন ইবোই মবাং কাযনা লোইনবম্মী। শম্বোৎ খোইবা ঙন্নবা নিপা খুদিংনা লৌউবগী থবক তৌনবম্মী। লৌউ থা ইঙাদগী পোইনু লৌবোকপা লোইদ্রি ফাওবা লম্মাংদা ষন থাদোক্লদে। পুন্নপ পুন্নপ ষনশেন্লেং নাইদুনা শেন্নবম্মী নত্রগনা মীওই খবদা কুম লোইদ্রি ফাওবা মমল পোইনুদা ফৌ ওইনা পীবগা নেকথোক্লম্মী। মতমদুগী থোংজাও খুলগী ওইবা শঙ্গাবুংদি ১) চীংলুকোক অমসুং চীংলুকোক মমাঙগী লম্মাংশিং ২) চীবীক তম্পাক ৩) নোংচুপ্লোমদা পুন্নেন পাৎনা কোল্লিবা মফমশিংনি। পাৎকী শঙ্গাবুংদা ষন ইবোই পুন্নপ্না চৎথোক-চৎশিন খুদোং চানবা থোংজাও অমদি খানপোকপী অনীগী লোন্নবদা মতিক চানা পাক চাউনা ষল্লম খাক্তুনা থল্লম্মী। অযুক্কী শম্বোৎ থানববা তুংদা মশাগী ষন-ইবোইশিংদু অৱাং লৈকাইগী কাংজৈবুংদা পুন্না থন্নগা ষনজাবুং তানা ষন হোইবগী খুদোংচানবা শীল্লম্মী।

চীং থোংজাওগী ওইনা ইপা ইপুশিংনা কন্দুনা থম্বীবম্বা চীংদ পাম্থা লমকাংনা খুন্দাবিবা মখোযগী চীং মখৈ হান্না থোংজাওগী ওইবম্বা ঙাক্তনি। মতৌ কবম্না মখোযদা লম পীখিবগে হাযবগী মতাং পাম্থানা খুন্দাখিবা হাযবগী তাংকক্তা থমখ্রে। হৌজিক লৈবিবা অসিদি সার্ভে বিপোর্টকী মতুং ইন্না হেক্তব ১০৫ থক্তনি। হাযবিবা অসিসু নক্লবদা লৈবা পুকম লাইনিংখুনগী লীডব কুন্দোজাওনা মখোযগী চীং ওইফম থোকই হাযনা মনিপুব সবকাবদা দাবী তৌখি, মদুদা থোংজাওনা অকনবা কেশ থেংনখি চফু শাবগী গ্রাউন্দা থেংনবদগী থোংজাওনা ঙমখিবনি থোংজাওগী লীডব ফুবিৎশাবম অহোংজাও সিংহনা ওইখি।

## কংলৈবাক্তা পূংজাও

১। অবিবা মতম নিংথৌ পাল্লিভে, নিংথৌনা লৈঙাক সাসন নুংঙাইনবা মশক নাইবা খুঙ্গং কযামকমদা নিংথৌ অমদি খুল্লাকপা হাপ্লম্মী। খুল্লাকপশিংগী মনুংদা মতীক মগুন চাউবা খুল্লাকপশিংনা মশা মশাগী খুঙ্গং লৈঙাক সাসন নুংঙাইনবা পূংজাও থম্নবম্মী। পূংজাও যৈবা খুল্লাকপগী অযাবা যাওদবা য়াদে। থোংজাওগী পূংজাও মগুন লৈবা ওইবম্মী। মাগী খোঞ্জেল যাম্না শাম্নী। অরাংদা মযাং ইম্ফাল, নোংচুপ্তা মোইবাং ফাওবা নুমিদাংগী মতমদা তাবা ফংই হায়নবম্মী। কাত্রং খুল্লাকপগী মতমদা লৈস্রাম মনীংদা লৈবা লাইমতোন চীংদগী থোংজাওগী অকন অথৌশিংনা যাল্লগা পুবকখিবনি।



শিজিন্নবা যাদ্রবা পূঙজাউগী অশেংবা শক্তম

অশাংবা - ফুট ৬ মবায়, চাউবা (ডাইমেটব) - ফুট ৮ ইঞ্চি ৫



পূঙজাউ য়ৈবগী মওং

## থোংজাওগী অনৌবা শক্তম



এস ঐচ অঙাংজাও সিংহ ইংশোক ১৯৬০ দা Ram-Lal-Pal High School দা মেত্রিক পাস তৌবা থোংজাওগী অহানবা মীশক্নি। মহাক মতম শাংনা Police গী Radio Operator ওইনা থবক তৌবম্মী।



এ একা সিংহ ইংশোক ১৯৭৫ গী Kha-Manipur Collage, Kakching দা B A past তৌবা থোংজাওগী অহানবা মীওইনি। হৌজিক থোংজাওগী Private School দা Principal ওইবি।



এস ঐচ ঈশিংচাওবা সিংহ D V A Collage Kanpur University 1985 দা M Sc Statistics past তৌবা থোংজাওগী অহানবা মীওইনি। হৌজিক Model Higher Secondary School, Imphal দা Lecturer in Statistics ওইনা থবক তৌবি।



এ মুখো সিংহ থোংজাওগী অহানবা B Sc Agriculture(Hons) past তৌবা মীওইনী। ইংশোক ১৯৮২ গী 2nd January দা Manipur Agriculture Department দা Joining তৌদুনা Horticulture & Soil Conservation Officer ওইবি।



এল লুখোই সিংহ ইংশোক ১৯৭৭ কী Matric Final Examination দা 12th Position তাখি। ইংশোক ১৯৮৬ Manipur University না লৌবা M Sc Mathematics তা 2nd Position লৌখি। অদুগা চহি অসিমক্কী কী M P S C না লৌবা Examination দা Top তাখিবা মীওইনি। হৌজিক-হৌজিক্কা Forest Department দা D F O ওইনা থবক তৌবি।



এস ঐচ অচৌ সিংহ থোংজাওগী অহানবা Air Force দা থবক তৌবা মীশক্নি। থবক্কুগী retired তৌববা মতুংদা হৌজিক Social Welfare Department দা Programme Officer ওইনা থবক পুবি।



এল মোধু সিংহ থোংজাওগী অহানবা All India Handloom Board না লৌবা Diploma in Handloom Technology Exam, 1985 গী North East তা first class first তাদুনা Gold Medal লৌখিবা মীশক্নি। হৌজিক D I C Thoubal দা Inspector Handloom ওইনা থবক তৌবি।



এস ঐচ বিসেশ্বোর থোংজাওগী অহানবা Waikhong Gram Panchayat তা Pradhan ওইখিবা মীশক্নি। মহাক্না ইংশোক ১৯৯১ দগী ১৯৯৫ ফাওবা Pradhan অমা ওইনা প্রজা মীয়ামগী সেবা তৌবম্মী।



L Nılachandra Sıngh
Dt of appoıntment
01/05/1966



Sh Meleı Sıngh
Dt of appoıntment
1969

থোংজাওগী অহানবা Actıve Servıce তৌখিবা মীওইশিংনি।



এস ঐচ থোইনু দেবী থোংজাওগী নুপী ফুটবোল শান্নবী Natıonal Player নি। মহাক অহানবা ওইনা Manıpur State গী Represent তৌদুনা ইংশোক ১৯৮৬ দা Kerela দা শান্নরুববী নুপীনি। এস থোইনু দেবী Manıpur State অমদি Manıpur Unıversıty গী মহহুৎ শিন্দুনা Natıonal অমদি Federatıon Cup ২১ বক শান্নববী অহানবা নুপী শান্নবোইনী।



এল তোম্বী দেবী থোংজাওগী অহানবা নুপী ফুটবোল শান্নবী Internatıonal Player নি শোক ১৯৮৭ দগী হৌনা Manıpur State কী Re-present তৌদুনা natıonal অমদি federatıon Cup ২৩ বক শান্নবকপদা নত্তনা ইংশোক ১৯৯০গী July থাদা Denmark তা চত্তুনা Indıa গী represent তৌদুনা শান্নরুববী মনিপুবগী অহানবা Goal Keeper নি।



ই ইবেনী দেবী থোংজাওগী অহানবা সবকাবগী থবক তৌবী নুপীনি। মহাক নুপী ফুটবোল শান্নবগীসু National Player নি। মনিপুবগী মপাল কাংজৈবুংদা পাংথোকখিবা International Polo Turnament দা Manipur না India গী মহুৎ শিন্দুনা শান্নখিবী নুপীনি।



এস ঐচ কমলা দেবী ইংশোক ১৯৯৯ দা Dibrugarh University Assam দা M Tech Geology Past তৌবী অহানবা থোংজাওগী নুপীনি।



এস ঐচ মেমথোই দেবী থোংজাওগী অহানবা M A M Phil ২০০৬/০৭ দা শুগুনু ইবুধৌ ৰাংব্রেনগী মবমদা Professor Soram Sanatombi গী লমজিং মখাদা হৌজিক J R F তা Post Colonial মীযামদা মনিপুব সহিত্যা ২০০৭/০৮ দা থেসিস তৌবিবী অহানবা নুপীনি।

E Raghu @ Kiran Singh

অহানবা থোংজাওগী ওইনা All India Radio, Imphal না Approve তৌবা শৈশকপা মীওইনী, হৌজিক্লা প্রাইভেট কম্পনিদা থবক তৌবি।



এল দোবেন্দ্রো সিংহ B Sc hons/ Core Math 1999 দা 1st Class First অমদি Highest Mark in B Sc Hons/Core examination দা Manipur University না পীবা Huidrom Gourakishore Singh, Memorial Gold Medal & Prof Hijam Tombi Singh Memorial Gold Medal Award অনি ফংবা থোংজাওগী অহানবা মীওইনি। ২০০২ দা Mumbai University দা M Sc Maths First Class ফংখি। হৌজিক Waikhong Govt Hingh School দা Graduate Teacher ওইবি।



শ্রীলৈমপোকপম তেম্বা সিংহনা লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা সজেসন পীবগা লোযননা লাইবিক অসিদা চঙবা ফোটো কলেক্সন তৌবা মীওইনি। মহাক খুঙ্গং অসিগী চাউখৎ থৌবাংগী হিবম খুদিংদা চাউনা থৌদাং লৌবিবা মীশক্নী। মশা থোংজাও ইউনিযন ক্লবকী সেক্রেটরী অমা ওইনা শান্নবগী লমদা নেসনেল অমদি ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা শান্নবোযশিং কযামকম পুথোক্লিবা মীওইনি। হৌজিক থোংজাওদা লৈবিবা প্রাইভেট প্রাইমারী স্কুল বিল্ডিং অসি মাগী লমজিং মখাদা ই জি এস প্রোগ্রামদা খুঙ্গঙ্গী মীওইশিংগা লোযননা শাদুনা ঙসি ফাওবা লাইবিক তম্নবি। লোযননা থোংজাও ইবুধৌগী সেক্রেটবি পুবিঙৈ মতমদা লাইশঙ শাবদা চাউনা থৌদাং লৌখি, অমসুং লাইগী লৈবিবা লমশিং লাইগী মিংদা রেজিষ্টার তৌবীবম্বা মীওইনি।



খবাইবম দেবেন্দ্র মবুধৌ দেবসিংনা থম্বীবম্বা থোংজাওগী অবিবা লাইবিক 'মংশাবলি' পুথোকপিবকপা মীওইনি।



এ ইনাওবী শর্ম্মা মপাল লমগী ক্লবতা ফুটবোল শান্নবা যাওবা অহানবা থোংজাওগী শান্নবোইনি। হৌজিক হৌজিক্লা CAN-CREY Club, Mumbai দা শান্নবি।

## ২০০৮ গী জুলাই থা ফাওবদা থোংজাওগী হৌজিক ওইবিবা সবাকবগী থবক তৌবা অমসুং লাইবিক লাইশু অমদি শান্ন-খোৎনবনচিংবগী শক্তম

**Civile Servicement:**

| | *Name* | *Designation* |
|---|---|---|
| 1 | L Lukhoi Singh | D F O |
| 2 | Sh Ishingchaoba Singh | Lecture, Model Higher Secondary, Imphal |

**Statistics:**

| | | |
|---|---|---|
| 3 | Sh Achou Singh | Programme Officer (S W D ) |
| 4 | A Mukho Singh | Horticulture & Soil conservation |
| 5 | L Modhu Singh | Inspector Handloom |
| 6 | Sh Bheigyachandra Singh | Inspector Serecculture, Thongjao |
| 7 | L Dorendro Singh | Teacher |
| 8 | Sh Nityaibi Singh | Teacher |
| 9 | Sh Ranjit Singh | Bank Acoundent |
| 10 | N Dijwamani Singh | Asst Teacher |
| 11 | M Tolchou Singh | F O Sericulture |
| 12 | M Raghu Singh | F O Sericulture |
| 13 | Sh Nandakesho | F O Sericulture |
| 14 | H Mohon Shrama | Foreshter |

| | | |
|---|---|---|
| 15 | L Ibocha Singh | Seri R/R |
| 16 | A Manglem Sharma | Sericulture Department |
| 17 | Kh Mangi Singh | Revinew Department |
| 18 | Ph Ahongjao singh | Chawkidar |
| 19 | Ksh Suresh singh | Electricity ceirman |
| 21 | L Tolpishak singh | Driver |
| 22 | L Mangi singh | SSB (SI) |
| 23 | Kh Ahanjao singh | B S F Driver |
| 24 | Th Brojen Singh | Assam Rifle |
| 25 | Th Gulapi Singh | Assam Rifle |
| 26 | L Nungshi Singh (Robert) | Assam Rifle |
| 27 | Sh Santosh Singh | Air Force |
| 28 | Th Achouba Singh | Assam Rifle |
| 29 | L Santi Singh | Manipur Police (Radio Operator) |
| 30 | L Naba Singh | M P C |
| 31 | L Preme Singh | M P (M R ) |
| 32 | L Loken Singh | C R P F |
| 33 | Sh Malei Singh | C R P F |
| 34 | Sh Kunjabihari Singh | C R P F |
| 35 | Sh Bisheshwor Singh | Assam Rifle |
| 36 | Sh Shamu (Mani) Singh | Assam Rifle |
| 37 | L Khogen Singh | Army Signal |
| 38 | L Ingocha Singh | Assam Rifle |
| 39 | L Jiban Singh | M R |
| 40 | L Chandramani Singh | Assam Rifle |
| 41 | Sh Tolchandra Singh | C R B F |
| 42 | Sh Priyokumar Singh | Navy |
| 43 | L Amutomba Singh | Assam Regiment |
| 44 | L Suraj Singh | Assam Rifle |
| 45 | A Chaoba Singh (Jenin) | Naga Regiment |
| 46 | Th Khetra Singh (Madanjit) | Naga Regiment |

| | | |
|---|---|---|
| 47 | Th Arun Singh | I R B |
| 48 | Sh Kumar Singh | Assam Rifle |
| 49 | L Beno Singh | M R |
| 50 | Sh Raju Singh | C R R F |
| 51 | L Basanta Singh | Assam Rifle (Holdar) |
| 52 | Sh Pakchao Singh | D S C Army |
| 53 | Ksh Romeo Singh | M P |
| 54 | L Inaotombi Singh | Assam |
| 55 | Sh Sarat Singh | C R P F |
| 56 | L Ranju Singh | I R B |
| 57 | Sh Manjit Singh | I R B |
| 58 | A Ingocha Sharma | I R B |
| 59 | L Ningthoujao Singh | Assam Rifle |
| 60 | L Basanta Singh | C R P F |
| 61 | Kh Ranbir Singh | C R P F |
| 62 | Kh Naran Singh | Manipur Police |
| 63 | E Dhananjoy Singh | I R B (Holdar) |
| 64 | Kh Ojit Singh | B S F (Holdar) |
| 65 | Kh Ibochouba Singh | BSNL |
| 66 | Kh Shyamjai Singh | IFCD |
| 67 | Kh Amu Singh | Forest Department |
| 68 | Sh Tomba (Sakhi) Singh | Driver |

**Ex- Servicement**

| | | |
|---|---|---|
| 1 | Sh Tolchou Singh | Head Pandit T L P S |
| 2 | L Nilachandra Singh | SSB |
| 3 | L Koireng Singh | Assam Rifle |
| 4 | L Modhu Singh | Assam Rifle |
| 5 | W Nimairam Singh | Sericulture |
| 6 | N Shyamjai Singh | Asst Teacher |
| 7 | A Ahongjao Singh | Sericulture |
| 8 | E Thoiba Singh | Sericulture |

| | | |
|---|---|---|
| 9 | Kh Kamal | Electricity Linement |

**First division in HSLC Examination**

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1 | Shamjetshabam Premila Devi | - | 2005/06 |
| 2 | Wangjam Raja Singh | - | 2006/07 |
| 3 | Sarangthem Markret Devi | - | 2006/07 |
| 4 | Karam Khogen Singh | - | 2006/07 |
| 5 | Naorem Dilipkumar Singh | - | 2007/08 |
| 6 | Naorem Guneshwor | - | 2007/08 |
| 7 | Khumukcham Chaoren (Goldson) Singh | - | 2007/08 |
| 8 | Khundrakpam Priyokumar Singh | - | 2007/08 |
| 9 | Khundrakpam Amarjit Singh | - | 2007/08 |
| 10 | Th Chhatrajit Singh | - | 2003/04 |

**M A Pass**

| | | |
|---|---|---|
| 1 | L Babita Devi | Anthropology, Manipur University, 2000 |
| 2 | Sh Jadumani Singh | M A Political Science 1998, Kumaon University, U P |
| 3 | L Ibodhem Singh | Bhopal University |
| 4 | Sh Mandeshwori Devi | Botany 2007, Delhi University |
| 5 | A Dinamani Singh | Delhi University, 2006 |

**Sports**

| | | |
|---|---|---|
| 1 | L Delip Singh | National Player (SAI), Wushu |
| 2 | G Ayingbi Devi | National Player, Football |
| 3 | L Ibemhal Devi | National Player, Football |
| 4 | L Thoibi Devi | National Player, Football |
| 5 | L Shangbanabi Devi | National Player, Football |
| 6 | E Arjun Singh | National Player, Swiming |
| 7 | E Ravi Singh | National Player, Swiming |
| 8 | Th Ingochouba | Mukna (First in Kangla) |

## থোংজাওগী খুন্থোক্লোন অসি ইনবা হোৎনবদা নৈনজখিবা লাইবিকশিং :

১। চৈথাবোল কুম্বাবা
২। ভাগ্যচন্দ্র লাবৈ-লাথুপ
৩। চকপা খুন্থোক্লোন
৪। মনিপুবগী পুৱাবি
৫। লাইনীংথৌ মযাংঙম্বগী মংসাবলি।

## লাইবিক অসি ইনবা হোৎনবদা চীন্থাঙ ৱাবি লীবিবকখিবশিং :



শমজেৎশাবম সনাজাওবা সিংহ, থোংজাও



লৈমপোকপম বোকুন সিংহ, থোংজাও



লৈমপোকপম ওংবী অমুসনা দেবী, থোংজাও



লৈমপোকপম মধুমঙ্গল সিংহ থোংজাও



চিবোম পঞ্চবতন মৈতৈ ৱাইখোং

অইবগী হান্না ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং:

১। ওজা শঙ্গায (ৱাবীমচা), জুলাই ১৯৮৫ ইং।

২। শিংজু মথেল (শৈবেং), আগষ্ট ২০০২ ইং।

৩। ৱাবী শিংজু (ৱাবী মচা), ওক্তোবব ২০০৩ ইং।